শ্রীলাইশ্রম নিত্যাই সিংহগী

# লৈচল অনিদং।



# লৈচল অনিদং।

লেংজবা

শ্রীলাইশ্রম নিত্যাই সিংহ

সত্ত্ব পুন্সা অইবগী

মমল লুঃ ২০.০০

ফোংবা :—

অইবা মশা
শ্রীলাইশ্রম নিত্যাই সিংহ
নাগ মপাল শিংজুবুং লৈরক,
ইম্ফাল পিন—৭৯৫০০১।

4851

অহানবা থুংনম ১৯৮৯, ওক্টোবর
কোপি ৫০০।

লাইরিক ফংফম — অইবা মশা

*Printing at* :— Sangeeta Printing Works, Khoyathong Polem
Leikai, Imphal.

# রাহৌদোক

ইথোক্তুনা থম্নবা ফোংদোকপদি ভমজত্রিবা শৈরেং কয়াগী মন্নুংদগী শৈরেং অনিদং লৈচল ওইনা ফোংদোকচবনি। কনাগুম্বা অমদা পান্দুনা ইজবম্নু নচ্চদে। থম্মোইদা ফাওরকপা খরদং মতমগী ঈচেল্দা তাওহুনা চৎচবতনি। পাবিরিবা পুম্নমকনা মুংশিনা লৌবিয়ু পাংদ্রবা অমগী হৈজদবা খুদোলনি হায়না।

অইবা।

# মংগী লৈরাং অম্বদা

## ( হৌরকফম )

"অঙকপা মংগী তাইবংদা
থম্মোয়গী শংবান্নবা পুখ্রিদা
শাংলম্বী লৈরাং থম্বালও !
করম্না কাওশিগে ঐহাক্না !
মুংশিগী মালংনা হুম্বদা
লাইজ ঈপাক থকুদা
লৈনা জগোই শারম্বী
পুক্নিং খোংদোই হুলবকাল
নুংঙাইবগী মুমিৎনা তারমদাই
চিংনা য়েংলম্বা মিৎচিনা
পাথং পুক্নিং শুমহৎপী
নংগী মুংশিবা রাহৈনা
থম্মোইবু ইরা চেলহলবা
কাওজবা ঙমজরোই পুন্সিদা
ইশানৌ নংগী প্রতিমা ।"
শিঙেঙলগী মুংশিবা থোদোকসে
কলমগী লাইজ রাৎপনা

অঙোবা চেগা তুরেন্দা
ঈথক্কী জগোই শাহলবা
শুমজদরবা ঐহাকনি !
হে নিদ্রা কৌবী লাইরেম্বী !
হৈজদরবা নচানা
প্রেমগী ভক্তি কচ্চরি
লৌবীয়ুনে ইমা—ও !
মংলালালচানগী তাইবংদা
মংঙ্গী লৈরাং অমগী
থোকখিবা থৌদোকপু উহলবা
ইমাগী চরনবু থুরমজৈ ।

# মংগী লৈরাং অমদা

## অহানবা থেংনবা

১

মমখ্রেদা অহিং'সে
চুখ্রেদা নোংজাওসে।
নোংথাংনা কুপপদা
আথাক আরাওনা ঙংবদা
মালেম অসি নিকলেদা।
লাইজনা চৎপা ঙমদ্রেদা।
য়ৌদবদি য়াদেদা
লাইর ঐগী ইয়ুমদা।
ককচেং য়ারানা মনম্মা লমজিং ওইগুম্না
ঐগীদি নোংথাংনা মৈরা ওইহুনা
খোংকাপ নারৈ য়াংলগে
ইয়ুম লমদম য়ৌরগে।
নাইতোম তারবা পুন্সিসে ঐহাক্কী
পান্দম ওইরেদো মশা নামতা ঙাইরবা উচেক্কী
পাইসি হাইরা পাইঙমদে।
চৎসি হাইরা চৎঙমদে।

হাংলমগনি ইয়ুম লমদম
অহাংবা পোলগী মতৌশুম।
থোংগী নাতৈ কাংথুনা
তোইনা তোইনা য়েংথুনা
নুং কনানা ভাইরমলোই
কনাগী খোনজেলস্থু তাররোই
পোম্বী চেংলৌসু উররোই
লৈত্রে ফাবিনবা থম্মোই।

ঐগী মাঙ্গোল মথক্তা
থোংজাওগীদি মনাক্তা
করিনোনে লৈরিবা
থেংনুবদা (পোৎশকসে) লোৎলব ?
কুপলকপদা নোংথাংনা
য়েংলগে নিংখিনা।

কনানো শকহেলবী
পাৎকি থবো ভমজবী
তথক্লবী মিৎস্নানা
শজি মিত্রা ভমজনা
য়েংলকলিবা ঐঙোন্দা
চিংনবা রাখলদা ?
থেংনুবদা নশাদা
ঐগী হকচাং পুম্বদা

পুক্রিং তুজ্ঞং হয়াওই
নোংথাং ঈচেল ফাওগুমই।
নোংনা চোৎলবী শমলাংনা
প্যারবা লৈচিল ওইদুনা
থাজ মাইথোং থুমগুননা
হুরা শকফম লোক্তুনা
লৈরিবদো নিকতুনা
খাঙডমজদে ঐহাক্কা।
খুলবাগম্ব অরালবা য়াখল
লৈজদে ঐগী নত্তবা পুক্নচেল।
অহিং ভাংলৌ থেংলক্লে
নোংনা অরেম্বা লৈতনা চুরক্লে
ইমুংদা চংবীয়ু
অকংবা ফিবু হোংবীয়ু
খোমলেল তুমথল হুলবীয়ু
ইন্নুং লোইবা ভাইবীয়ু।

+ + +

ইন্নুং শোরা তৈরক্লে
লাইরেল লাবা য়াওল্লে
হুইথৌ লাবা চিফেংলে
কাক্কী লালবাও চেল্লক্লে।
স্না খোমদোল মশেক্কা
নোংপোক মালং ফাওদুনা

মালেম অসি কুপলক্লে
অনৌবা শকফম ওল্লক্লে।
অয়ুক্পা অঙাং ওই
মুমিৎ য়ুংবনা মপুং ফাই।
সন্ধ্যাদা অহল ওইনা লোইশিল্লি।
বলিগী খোংথাং অহুম ওইহল্লি।

নিদ্রাগী য়ুথল হাইদোকলে
তাইবং রাখল পোকলক্লে।
চারগী পৌরোল শংলক্লে
থোংগী নাতৈ কাংলক্লে।
উরক্লে তোঙ্গানবী যৌবল' মপুংফারবা
শিঙেঙল অমা নিংথিবী।
ইকাই মোমোল মিনোক্পা তঙাংবা চিংবাম্না
হায়জনিংবা ফোংদোকনিংবা লৈহুনা
য়েংলকই তথকপী শজি মিত্তানা
ঐগী মাইকৈ তমহুনা।
হে শানৌ। ইজাত্তি মান্দোদো
ফজৈদা ঙৌনা নালবা কুচুদো
ঐদি সন্যাসিগী মতৌগুম লৈজবনি ইতোমদা।
য়ুম্বালবগী রাখলম্ম লৈজদে ইশাদা।
চোৎলবা ফিবু কংলগা

অচম্বা খরদং চারগা
লৈফম তান্না থিনজগে
অণ্ডম্বা মতেং পীজগে।

"ঐদি বোম্বে বিশ্ববিদ্যালয়গী
এম, এ নি ইতিহাসগী
চৎচরুবনি মোইরাংদা
থিজিনজবা খম্ব', থোইবীগী মরমদা
নোংজুগী মমলবা অহিংদা
খুদোং খিরবা তালফমদা
দেবযানীনা যযাতিগী মতেং ফংবগুম
সুংঙাইজে ফংজবসে চংজফম।
লৈকোলগুম ফজরবা য়ুমশিদা
নৌরবা উরি কয়াগী প্ক্লিংদা,
য়েৎচবা পামজগদবা পামেল নংবু ?
করম্না লেলাশিবা নতোমদা পুন্সিবু ?
চাকখুম মফম চিংবীয়ু
প্োংকি লৈফম ভাকপিয়ু
কোরৌ ঙসিগী দমক্তি
থোংবা থাকপগী খবক্তি
হৈজত্রবস্ম নিংবা থুংনবা
হোৎনজরমগে কোক্নবা খুদোংচাদবা।
শকহেলবী পোমশাৎনবা কদম্ব লৈরাংও
অয়ুক্কী খম্বালগুম ফজবীও
লৈজরে প্োংলমশিং অসিদা
চংবীরকসি কা অশোমদা।

## হায়দোকপা

### ( ২ )

ঙসিগী ইম্নুং ঙাল্লকলে
নোংপোক মাইকৈ ঙাংলকলে
শমলাং শিংগ্রেং মরক্তা
মুজা কনাগী সাইবক্তা
শিন্দুর নম্বগুম ফজরে
থম্মোই হুনা নিংথিরে,
নহালগী অকলবা নোংগু লোইথরে
মুংশিংনা লৈচিল তালথরে ।
অথুইবা উনা, লৈমল চল্লবা লৈন'
কেলথ্রে পূম্নমক লোইনা ।
বসন্ত ঋতু ওইবনা
অশংবা উনানা
ফজবা লৈরাং কয়ানা
মালংগী শউম ফংবদা
থোইমুগী ঙংবা তাবদা
ঈহৌবগুম লাঈক্ত থক্তা
পুক্লিংদা লাংতকলি কাইদা কাইদা
(ঐ) য়াগদরা চংজরকপা মনুংদা ?
"লৈজদে অথিংবা চংবদা কা'সিদা ।"
রাখলগী মমলবা আকাশদা
লৈচিল থাংদ্রবা মালংদা

থাজনা ইংনা থোকপগুম
লুপা মহি চাইবগুম
করিগী ওইরোই শকহেলবী
কপ্সীয়ু চিংনদনা লিরি খোইরিবী
"পুকচেল চাওরবা চংজকম পীনখিবা
মুজাগী ধর্ম্মবু ভাকপিখিবা,
অদোমদি কবিনি, লাইয়েকপনি,
লাইশাবনি, ঈশৈস্থু হৈরমগনি
মথল কয়াগী কালাবু খঙভমগনি
পুকচেলস্থু ফানা চৎলমগনি
তাকলি লৈরিবা পোৎশকশিংনা,
মৈবু লোস্তুনা থমগনি কয়া কুইনা :
ঈরোললুংগী মণিগুম
চৌংমুংগীদি তাননাগুম
মরূপ মপিজা থমদনা
যুম্বালবগী মরি কত্তুনা
করম্না শান্তি থিরিবা ?
করম্না পুন্সি লেল্লিবা।"
আশা এদি ডিগ্রি প্পাইদেদা
মহৈগী থাকস্থু ৱাংদেদা।
হায়দোক্তুনা থাংবা মৈচাকসে
পুঙমদনা প্পবা পুন্সিসে

খরদং হায়জগে
মপুংদি ফুমলগে।
তাবিরো অন্নাংবা থাক্তা পোকলবী
মুজা অমা নিংথিবী
তত্তনা উনখি লাইরিক তম্বা কাবদা
ফজেদো শোন্নখি ইমান্নবশিংনা উবদা।
লংলবী য়াতোন্না কুন্দপরেংনা তমজনি,
তায়ালগুম ঙাংলবী চিনবান্নি।
মিৎচিনা হাইকেৎ য়েংবদা
কাম ( দেব ) রতি শকলোলদা
ছাত্রা কয়াগী থম্মোইদা
পামজ চৈনা ফাওহল্লি
হৈনা তুংইল পামহল্লি।
নুমিৎ থানা মতম চানা থোকপগুম
শজিকথাবগী মতৌগুম
স্কুল কাবা মতমদা
থেংনজৈ নুমিৎ খুদিংদা।
ইম্ফালগীদি ময়োন্নি
স্না কৈথেলগী ময়াইনি
ইবান্নিগী থেংনফম
মিৎয়েং কারল লান্নাফম।
স্কুলগী মেগাজিনগী

থাগী চেফোং খুদিংগী
ঐগী কবিতা কয়া ফোংলম্মী
ৱারেং কয়াম্মু হাপলম্মী।
শৈরেং অমদা মাগী মমিং পল্লুরে
মিংগী অর্থ লৌরুরে।
কেতুকীগী মুংশিবা লৈনম্মু
পুবগুম মাইকৈ শিন্নবু
তপনা শিৎপা মালংবনা
পাবীখরে শৈরেং ছাত্র-ছাত্রি কয়ানা
মুমিংকা থম্বালগা
থাজগা থরোগা
ওইজরম্বা ৱাখলনি
খনজরম্বা থম্মোইনি।
মীগী শকফম মান্নদে
পুকচেলম্মু তিন্নদে।
লৈচিন্না কুপ্লবী থাজগী শকফমগুম
মুংশানা শারগা মরুগী মরিচিকাগুম
পুক্লিংদা শাফু ফাওরক্লে
মীৱানা নাকোং ফুল্লক্লে।
শিঙেঙলগী মিংলেলদি
কৌজৈদা বিনাদি।
ঐগী কবিতা প্যারগা,
ঐগী ৱারেং য়েংলগা

মীগী থাগৎ ন্নাহৈ তারগা
ঈশৈ ওইনা শকলপা
লোম্না ফোংদোক্তবা ন্নাহৈনা
থাগ[illegible]।
পোক্লবস্থু অচৌবা শাগৈদা
ন্নাংত্রবস্থু লল থুমদা
অন্নাবা মুংঙাই পুন্দিদা
অকি অথং পুম্বদা
শরুক য়াগে মঙংগুম
ইতুং ইলগে মতাংগুম
মিয়েংনা উৎলমই
নায়েংনা তাকলমই।
লাইরবগী ইথৌদাং
লৈতবগী ইরান্নং
ঐগী ইন্নাইবক্তা তম্বনা
থৌনা ফবা ঙমদনা
ন্নামবু খোঙ্গুল লিবদা
মতৈমগী ন্নাঙাং তাবদা
গান্দিবনা লৈই চিংগুম্না
খেন্নবগী ন্নাথলগী পন্না
ওইরি লৈই, চৎচৈ লাপতকনা
য়েংজৈ লোম্না লোম্না
খাংঙমদবা মৈচাক্কা লোইননা।

## লাপনরকপা

### ( ৩ )

হাই-স্কুলগী পুন্সি লোইখরে,
কলেজগী য়াওল হৌরকলে !
চহী মরি কায়নরে,
যৌবলদি মপুং ফারকলে।
রাখলগী মালংদা
নুংঙাইবগী য়ুম্ফমদা
কয়ানা হারাওরি
কয়ানা তেংথা নাওইরি।
লাইবক ফবা কয়ানা
খোংকাপ লাওনা কান্দুনা
বিশ্ববিদ্যালয় চংখরে
তম্বগী পম্বেং য়ৌখরে ।
লাইবক্কুনি হায়সিরা ?
হোৎনবা ব্রাৎপা কৌসিরা ?
কলেজগী পুন্সি লোইওমদে
নিংজবগী পন্দোল য়ৌওমদে ।
ফজরবা হৈপাল্ল লৈপাল্ল
নিংথিজরবা প্রামেল
অকল্লবা নোংলৈ নুংশিৎলাকুনা।

শকফম ওলবগুম খংহৌদনা
লাইবক থিরবা ঐজোন্দা
অকলবা চাংয়েংগী মওংদা
পূম্নমক থোকলরে
কলেজগী পুন্সি লোইদরে।
পামেল উশা অমত্তদা
ঐখোয় মুংঙাইজবদো য়ারেকপদা
ইনুংনা ঙাল্লকপ্রদা
প্যাইনখিবগুম অথাপপদা
অস্সুম অস্সুম লাপনখরে
তোংমিন্নরমবা চেকলাশিং পাইনখ...
কলেজ থাদোকপা তারকলে
কোইনা চৎপা হৌরকলে।
ঐহাকসে তাবিনবা লৈত্রবা
য়েংবিনবস্লু ৱাংলবা
নাইতোম চেকলা ওইরকলে
লমমুকনরবা মীওই মাল্লকলে।
ইয়ুম লমদমদা চৎলরোই
পোকনফমদা হল্লরোই
খল্লকলে প্যকনিংদা
আশাগী ৱাংলম্বা উপান্দা
নিংবা কায়বগী বর্জনা

অকলবা শাফুগা লোয়ননা
কয়া কন্না তাখ্রবা।
করম্না থাংবা ঙমগবা ?
নোংমদি কোরৌ মৈশানা শাবনে
চারক্কবনা লামবনে
খোংকাপ নাইরে কালঙমদে
পম্বুংফমস্তু লৈঙমদে।
স্বরমা তুরেলগী মনাক্তা
সরক্কীদি ময়াদা
খোংনাংবের্ৎকি মখাদা
থোঙ্গাল অমগী মপাদা
ঐহাক নিদ্রানা শুমখরে
ঙাইহাক্তুং অকাও ঈপাক্তা তাউখরে
মিকুপ খরগী মংলালচাদা
অনৌবা জগৎ অতুদা
পলেম ইমা মুংশিবী
মতম কুইনা য়াহিপখ্রবী
পশোৎ ফিঙৌ শেত্তুনা
মপুকনিং নুশি য়ান্ননা
মপারি ঐবু কোন্দুনা
মতম্বাক্তা কোন্দুনা
(ঐগী) ফারবা শমলাং নানদুনা

লাইবক্তবু চুপ্তুনা
"পরি কোন্দে তনৌবা
অরাবা, হুংঙাইবা
ঈশ্বরনা তমবনি
মপু মাগী থুৎশেমনি।
থাংবা কলবা ওইয়ুকো
লাইবক্না তম্বনি খল্লুকো।
ইমা চৎলে লৈহৌরো
তাইবং মিকপ থোকহৌরো।"
অঙাংবগী পান্দমগুম
মপী কায়নবা যন্নাংগুম
ইমা ইমা কৌদুনা
ইমিত্তা ঈরা চেন্দুনা
থুনা য়াংনা হৌগৎলে
মাইকৈ মরি য়েংলক্লে।
চহি মীয়াই চল্লবী
অঙৌবা শারি শেৎলবী
পলেম পাংখক ওইরবী
নিংথিবী গুননা তিল্লবী
মুপী অমা লৈরম্লে লেপতুনা
রা ভাংগন্নু ইঙ্গিত-পী খুদোল্লা
মতুং ইল্লক্ষ্মী তপনা

উচি-খোইনা চেল্লবা জীবগুম্না
ৱাখল অমুক খনথদনা,
নাল্লবা বাঙ্গালা অমা তমহুনা
লৈরিবা থোইনাদ লাপ্তুনা
চেমপন্নদি কোইহুনা
খোংনাংবোংকি মনিংদা।
য়ৌরগা ফমহল্লে কা অমদা।
কংলবা মালেমবু
ৱারুরবা জীববু
কুমগী নোংচুহুনা
অইংবা পিবগুমনা
ঐবু চাহল্লে থকহল্লে
অরাম্বা কোকহল্লে।
ঐগী ইরম তাকচরে
অৱাবা পূম্নকক তমজরে।
লাইজনা ঈচেলগী
ঈশিংনা নোংজুগী
তিলখিবগুম সমুদ্রদা
চালবীবগী ইমুংদা
অনৌবা পুন্সি হৌজরে
ইথৌদা পুকনিং চংজরে।
ঐবু চংজফম পীরিবী

পলেম পাংখক ওইরবী
মতম অহুগী মমিং লৈরবী
সঙ্গিত বিদ্যদা ফাওরবী
মিংলেলনা কমলা কৌবীনি,
ঐগীদি ইমা য়াওরাংপিনি *।
লোইখিবগা খারবা উলেন্না,
মোমোল নোকপী বসন্তনা
অশংবা ফিজোল হোংহুনা
মালংগী ফোরোই ইন্দুনা
খ্বাংনৌবী তথকপী মুজাশিংনা
তয়াল মানবী ঙাংলবী চিনবান্না
শজি মিত্তাগা লোইননা
খোইরুম মোমোলগী শাথেক্কা
লিরি খোইরিগী খুৎথেক্কা
লৈনা জগোই শাগুমনা
তেনব্রানা লৈপাক চৎকুমনা
খোংদারকলে মালেমদা
নৌহৌনহল্লি থম্মোইদা
ইম্না শকলবী কমলাগী
মনিগুম থমজবী থম্মোইগী

* য়াওরাংপি— লৈয়েংদ ফম্বী ( মিকোরোন পুয়া )
"বাগমাতা সন্নম্পাতিনি" নিংজবনি।

## মংগী লৈরাং অমদা

শকত্তা চুদা হেল্লবী,
মিংনা গীতা কৌজবা
নমোম অমা লৈরম্মী
শান্তিনিকেতন্দা তমলিবী।
চহিদা বিনাদগী নৌবিনি
চেংলৌদি হাইফেৎ মান্নবানি।
শাৎলম্নবদি লৈখোক অমত্তুদা
লৈরম্নবদি লৈকোল অমদা
মিৎয়েংগী মুংঙাইজবা ওইগনি
ম্মোইদা অপেলবা পোক্কনি।
ত্তমনা নোংমা নোংমগী হৌখি
রাখলসু মহুগুম্মা হোংহল্লকখি।
গীদি করম্মা বসন্ত লাকখিবা
পুন্সিগী খোংচত্তা লেপত্রবা
শাংবা য়্রারবসু তাবীয়ু।
পুক্লিং তপথনা ফমবীয়ু।
ক আশা! লৈবসে হায়দোক্কুনা
তনা চেল্লে লৌখোং ওইনা
ম্মোইগী তোর্বাল পাথোকহুনা
শান্তিথরদংফংজগে তমথোকচহুনা।
মিন্নবা হাওবগুম
পুমিন্নবা য়াংবগুম
অরাবসু খাংবিয়ু

মুংঙাইবস্ু য়াওবীয়ু।
ঐনা লৈজরুবা দলালদো
কনা ফজনা নাল্লিদো।
লৈকোলগা মাইয়োক্কুবা
অশেংবা নুংশিৎ কংলবা
কা অমদা ফজরবা
মুথন্না ফজনা থল্লবা
লৈরি ফমুং অমা তরুনা
টেবিল মিংশেল, সোফা কয়ানা
থমলি মফম চানা চানা
মোমোল নোক্কুবা গীতাগী ফোটোনা
লৈতেংলি টেবিলগী মথক্তা
আশাবা লৈনা থিল্লি মনাক্তা।
চলাংথাগী মতমদা
নুমিৎকি মৈশানা শাবদা
মালংগী লিরি চৈনাদা
ওলাংলবা হকচাংদা
থরদং ওইরবস্ু ইংজবা
ফংজবগুম লখ্বা চৎপদা রারবা
ময়ুম পাংলক্লিবা কনাগুম্বনা
পোৎথারবদি কা অসিদা তুমিন্না
শক্তি কংগনি নতম কুইনা

পেনজবা ওইগনি পুকনিংনা।
গীতাগী কাগী ওম্নবদা
য়েংনবদি উনবদা
এগী লৈফম কা ওইরম্মী
খরাদি পিকলম্মী।
মথং কাদি পলেম শকপাগী নি
মরাং কাইনা চাওবা কানি।
ঈশৈগী যন্ত্র কয়ানা
লৈতেংলি মফম চানা
খংাং শাংলবা, মতাং তেল্লবা
রাগী বাশি খরা নাল্লবা
লুপানা মপা চানা য়োমলবা
উফমদা খমলি খুংমান্না শারবা।
পামজবা পূম্নমক ঐহাকনা
রাংপা লৈতে থোইদোকনা।
করিগুম্বা মতমদা
থেংলবা অহিংগী তানজাদা
ঐনা খুংলোইবা বাসি খন্দুনা
থম্মোইগী মৈচাক ফোংদোকনা
তামনাগী মতৌ তমদুনা
অহিংগী অচিকপা খুগাইনা
থোংজৈ মরক মরক্তা

## মংগী নৈরাং অমদা

কোকিলস্মু খোংলকই উথক্তা।
অস্মুন্না কুমজ অমা লোইশিল্লকলে
রাজরম্বা খরদি কাওরকলে।
বিনাগী নুংশিজবা শকফম্না
ঐবু থোইনা য়েংবগুম্না
রাখলগী য়ুখলদা
নোংথোং কুপ্পগী মঙদা
হেক হেক উরকই,
ঐস্মু তরংদা পাম্বোম তিংথোকই
পঙ্গুমগী তথকপা ঈপোম
পামজবা নুংশিগী শত্রুন
লাপখ্রে মরিচিকাগুম!
কংখ্রে অয়ুক্কী লিক্লাগুম;
নোংমগী কোবৌ অমদা
হুমিদাংরাইরমগী মংমদা
থুরমা তুরেলগী তোরবান্দা
মালংনা লিরি শিংগনা
নাওনা চৎপা য়েংলম্মা
কুশি নুংওলগী রাখল খল্লম্মী
গারমদাইগী হুমিংনা
নোংচুপ মাইকৈ ভনহুনা
সিংথরমদাই মশেকনা

অনোংবা খপ্লাল শাদুনা
তুরেল লাইজ ঈনুংদা
তথকপী নুজাগী খোংথাংদা
লৈনা ভাগোই শাগুম্না
কুকুরি থম্মোই শুমহৎনা
কৌবগুম বিনাগী পামজবা খোঞ্জেলনা
তাবগুম তৌই ভাইহাক্তুং ঐহাকনা
"তারিবরা পাম্মুবা নহাকপু
উদ্রেবরা নশানৌ ঐহাকপু ?
শিম্থরিবা পিরাংদো পামজবা মাইথোংদ
তেথোকচরমগে ফিজিনা অমুকুংদা ।"
হিনা নংদি লাইবক ফবিনি
নশক্তা নহৈদা রাংত্রবিনী,
লাইবক খিবগী লোকখাদা
থারবা উপাই লৈত্রবা ঐঙোন্দা
নকশিনবীরক্কগনু অমুক হন্না,
ঈশাদা মাংবা নত্তনা
শিঙেঙল কেতুকীগুম্বী নহাকপু
তামনাগী খোঞ্জেল ওইজবীবু
রাহলবা পামজদে লাইবক চাওবনা
খজবীগনু থম্মোই পান্দে হায়না
থম্মোয়গী থুপ্লবা লৈকোলমুংদা

শাংত্তাকত্রিবী গোলাপকী মওংদা
কনাবুস্নু খংহল উহন্দনা
য়েংরুনিংঙনি পেন্না পেন্না!

সুরমা তুরেলগী ঈরোলনুংদা
কোরোংগী নমথাক জগোইদা
পুংজা খরবু রাংলেল মিকুপ এইথিবা
বিনা লাক্লমবোঈ খম্নুবা
সন্ধ্যা অরংতিগী শরিক্কী মথোলনা
মিকপ থোকুনা খংহৌদনা
খোংকাপ নাবৈ পাংলকলে
ঙ্গী কাদা চংলক্রে।

## গীতা ৪

বসন্ত মপুং ফারকলে
[illegible] !
নুজাশিংগী থবাক্কী ফজবনা
কপতুনস্ন মপান্দা ফিজোন্না
মমি তাবগুম নিংথিনা
পিক্লবস্ন হৈনৌগী শকতম্না
মপানগী মরক্তা উরক্লে।
হয়ি খোইনা ঙংনা পাইরক্লে
হৈরা: লৈরাংনা নিংথিরি
উচেক রায়ানা হরাওরি।
উরুবদা খোংনাং তরুংগী ময়োলবু
তনৌবা নুরাশিংগী খুদোনবীবু ঙমজনবু
নহা ওইরিবী নুপীশিংনা
নুংশি নুংঙলগী চৈনা ফংহনা
খাংলি রানা রানা।
অসিগুম্বা দৃশসে উহনা কবি কয়ানা
শৈশক্লি পিরাংগা লোইননা।
কোকিলনা খোংলি হৈনৌ মপাল উমহনা।
রাহোংশিংনা শারি জগোই নোইনা নোইনা।
পাংকি লাইজদা শান্নরি ওাম্র থজোংনা

সনা কাপ্পবা আকাসগী ফিজংদা পাই[illegible]
শাবী শানৌগী নৌরবা থম্মোইদা
চরাংনবগী ঈহোদা
নুংঙাইবগী ঈপোমনা
ভোর্ব্বল লালগে খন্দুনা
হন্না হন্না য়ৈশিল্লি
শিরোই নারোই থলহল্লি।
অসিগুম্বা বসন্ত ঋতুগী মতমদা
গীতা লাকখি খংহৌদনা ময়ুমদ
লাইবকননি হায়শিরা
মপোক ফত্তবা কৌশিরা
ওমজদে মনিংতম্বা থম্মোইনা
হম্ববা রাখলগী থৌরিনা
নোংশাগুম্বা রাখলবু
য়েংজনিংবা মিৎয়েংবু
পুন্দুনা থর্ম্মা চেকশিন্না
মপালগী চৎনবাদি কায়দনা।
পূর্নিমা থাজগী মাইথোংদা
কুপলম্বা পারবা লৈচিন্না
নুংশিৎকী ইহুমনা চেন্দুনা
হুমদোকখিবগুম অসুম অসুম
উরকপগুম নিংথিবা শকতম

ইকাইনবা মতম লোইরকলে
লোলমিন্নবা হৌরকলে।
ছুটিগী মতম লোইহ্নুনা
হবাশুজবা আশাগা লোইনদা
এম, এ গী অরোইবা পরিক্ষা থানবা
গীতা হনখ্রে বিশ্ববিদ্যালয় য়োনবা
ওগী থম্মোইগী আতিয়াদা
চিকনা লৈজবা মতমদা
অয়ুক্কী শক্তিককুম
নুমিদাংবাইগী থাবাগুম
বিনা, গীতা অনিনা
নিংনাইদবী শাহ্নুনা
থোকলরে তোইনা তোইনা
মঙাল মাশাগা লোইননা।
পৈশাগী মতেং য়াওদবনা
শোগৎপীনবা লৈতবনা
এদি এম, এ দি ঙমলরোই
ওজবা থাক্তি য়োররোই।
চান্নদ্রবস্থু পম্থুংক্ষম
শেন্নরবস্থু পল্লেপফম,
পাশীদি সঙ্গীত কলানা
মপুনা শীবীবা লৈয়েংনা

আশাগী লৈকোল শেমত্নুনা
মহৌশাগী শকক্ষম য়েংত্নুনা
মপুগী থৌদা পাংলগে
পুন্সিগী ইথৌদাং য়েংলগে :
অহিং তাংলৌনা থেংলগা
নোংমদোল লিক্লানা তারগা
তাইবং ইচিক হুল্লগা
মীওইবনা তুমখুল তালগ্রগা
ঐনা পামজবা বাশি থল্লগা
অনৌবা স্বর পাল্লগা
অরুবা রাগ কয়াগী
তাংথক নাইবা মখোলগী
মেজাপনা ফুহলজে থম্মোইদা ;
মতম থরগী মতুংদা
ওমজরক্লে খোংবা মুরলী নারদা
দ্বাপুরগী মনৈদা
রাস লিলাগী মতমদা
থাবল ফরবা অহিংদা
গোপীগী থম্মোই ওমহংনা
চিংশিন্নবা খোংলবা শক্লিনা
অমত্তা ওইবগী লিচিংদা
খোংবীখিবদো বাশিগী স্বরদা

খংহলবীয়ু পংলবা ননাইদা
করম্বা খুংখৎ তুংইলদা !
অস্সুম্না কপচৈ ঐহাকনা
মধুসুদন মুরারীবু কৌহুনা।
মতেং য়াওদনা সাধানাগী
থৌজাল নত্তনা গুরুগী
অরুবা রাগীনী শকপদি
ওইথোকতে মীচম্নদি
অস্সুম্না খঞ্জহুনা ঐহাক্না
গুরুনি, পলেমনি নিংজহুনা
গীতাগী মুংশিজবা ইমাবু
কাংবা লৈতনা নোংমগী মুমিৎ অমত্তু.
পুকনিংগী থুপ্পবা কাচিন্দা
ভক্তি কচ্চৈ তত্তনা চরনদা।
মতম পাংশাং শাংদনা
ইমাগী থৌজাল মক্তনা
ইশৈগী ঈপাক্তা তাওরক্লে।
পুন্সিগী বসন্ত মীওইবগী
অওলবা নাইবা কুমজাগী
লৈতবা নত্তে খেন্নবা !
যৌবন বসন্তগী মুংঙাইবা
মাইথোং কয়াগী কজবা

য়েংউবা খুঙ্গিংগী অপেলবা
ওইখি মীওইবা কয়াগী মরুমদা,
লমজাওখোলপী লাম্নে ওইখি থরদা !
হৈনম নৈনম চুরবা মাঙ্গংবনা
কাইদ কাইদ হুমহুনা
মুংশি মুংওল হেন্জহল্লি,
প্ুকনিং তুজুং কাওহল্লি।
এম, এ পরিক্ষা ওমহনা
অরাংবা আশাগা লোইননা
ময়ুম পাংনক্লে পীতানা
রাখলনদি য়োথ্রে ময়ুম হাম্বা।
ওকপা চৎলম্মী থৈসন য়োনা
উবদা ঐবু নোকচে মোমোম্না।
কুন্দো পরেং ওমজবা যাত্তোম্না
কাথোক্লকপদা চিম্নাম্না
হেনজৈ মরিনিগী থাকবু
ভাংথোক্লকপা খোঙ্গেম্না হেনজৈ ভানবু।
ফমমিন্নরে কায়দা থোম্লে:-ঐহাক্না
গীতানা থোরে অমুক তপ্লকনা।
য়েবগুম তোর্বাব্দা ঊচেক্না
কোকা কোম্না থেনেখি থুথোন্না।
মোমোম্না নোকচখি খিৎচিগা লোইননা।

লম্বেলগী নাকন্দা হৌরিবা উপালনা
য়েংলকই নমজেল চেন্না চেন্না
উৎহৌরক্লোই মতাগুম্না।
মেনকাগী শাথেকুম
রুমভাগী শাগংগুম
ঐগী থলজবা আকশিন্নবা রাথলবু
রাশক কায়বগী খিংভমবু
উরিবসিবু ঐহাকনা
তরংদা পাম্বোম তিংহুনা
থাংসিগে করমনা
নিংলক্রে পুক্লিংনা
যৌবনগী পাৎয়াইদা
কামগী ঈথিল পীবদা
পোমলিবী থরোগী মফমদা
খুদোং চাবা ফংবদা
থাজ-থানিল ওইজনিংদে ঐহাক্তি
পামজদে রুদ্রগী শক্তি হৌজিক্তি।
কলথিবা তাই থম্মোই থাউহ্নু মুংগুম্না
ঈরোলমুংদা লৈথিবা তাই তুমিন্না।
বর্ষাগী অকলবা ঈহৌগুম্না
চেনজনিংদে তোর্ব্বাল পানা।
খাংঙমদবগী ঈথক ঈপোম ঈহৌনা।

নৌরবী মাগী থম্মোই নৈহৎনা
চাকহলবিগনু মতম থরদি
মহুনা ওইগনি শাস্তিগী লম্বেলদি ;
পুক্লিংগী লংলা লংজিল থুপচিন্না
মুজাগী মপুক্লিং কাহুনা
পলেমগী চাইগোইনুং য়ৌরক্লে
অরা পোপ্পা হুল্লক্লে ।

## বিনা ৫

চাউরবা তুরেল
চেল্লিবা ঈচেলবু
শাত্না থোং মীওইবনা
মথক্তা লাল্লি ইরাই লাইনা।
মহৈ তমবা লোইশ্রবী
শক্তা চুদা ব্রাৎত্রবী
সনাগী মথক্তা মণিনা হুৎলবী
অচৌবা থাক্তা পোকলবী
বিনাদি চিন্থাগী মৈথু ফংবরা ?
কাইদোংমিন্নরম্বগী ব্রাখল থল্লিবরা ?
উনদ্রগা শকক্ষম ভোইনা
তাখিদ্রগা খোঞ্জেল হন্না
কালেলগী লৈচিল্লা তুমথিবগুম
অয়ুক্কী লিক্লানা তাকথিবগুম
ওইথু মাল্লে মাগী থম্মোইদা
কাইন মৈচাক কাওদ্রমাল্লে মশাদা !
মসি লৈরাং মাগী মরাললা !
তাইবং মীওইবগী মচৎলা !
তাখিবা মমিদি থম্মোইংলকাদা
মুৎত্রবস্নু করি করিগুম্বদা

উনত্রবদা মতম শাংনা
লৈরাংনা শাত্তুনা লৈগনি কয়া কুইনা ?
পলেম পম্বো অনিনা
মতিক চাবা য়েংহুমা
মমোমগী ফনবনি খন্দুনা
অউলপোৎ কয়া লাংহুনা
লেখি মতম ভাইহুনা।
ইশাগী হম্মনা খলবা রাখলনা
ইয়ুম লমদম পাংদনা
মীরৈবাক্তা লৈহুনা
লোৎলবা ঐবু করম্না
থিবা ফংগনি বিনানা ?
লাইরবগী মৈনা চাকলবা
নিংবা কাইবগী খাম্বীনা য়োমলবা
থোঙ্ মুংগুম কম্লবা
শইরবনি পুকচেল তমখিবা !
ঐনা লাইবক চাওবা শইরগনু
নিংজবা চাংজো ফংগনত্রবনু
পম্বোগী চাইগোইম্লুংদা
পলেমগীদি মিংমাংদা
অয়ুকীদি মুমিংকুম
অহিংগীদি থানিনগুম

ঙালিবী পাম্বী শিরুঙেলও
নাকা কন্না শাংচোও !
এগী হরাওবা ওইজগে
পুক্নিংদা অপেলবা ফাওজগে।
লমদম তান্না লৈগ্নরী
নিংশিংজবগী মিত্তনা উরবী
নুংশি পোইরৈনা তামখিবনা
কুমজা থরম্ন হৌখিবনা
ঙমজররোই উনজবা
ফংলরোই কাননবা।
উরগা পাম্বু মাইথোং
ভারগা নুংশি থোম্বাং
আশাগী মঙান্দি শান্ননি
অহিংগী তন্দল ওইরনি !
থাংলগে নুংশি' মৈচাক
ওইরগে ঐগী পুক্নি য়াশক।
নশাবী অকবা ফংতনা
লেলখ্রসম্নু মপুক্নি ইংনা।
মীওইবনা উবিত্ররা
ইতোমতনা উজবা
থম্মোইগী থুপ্লবা ফিজং-মুংদা
কোংদোক্তবা মঙংদা
থমখ্রগে বিনাগী প্রতিমা
য়েংজগে ইতোমদা পুক্নি অসিন্না।

## গীতা ৬

তারবদি পুক্নিং চংনা
হৈরবদি ইশৈবু মপুং ফানা
খোংলিবা খোঞ্জেল উচেক ম্রায়ানা
শুংলিবা মখাল খোইমুশিংনা
তাবদা ফাওই ইশৈ ওইনা ।
য়োথ্‌বদি মুংশিনবনা মপুংফানা
পুম্নমক মুংশিবগা মরি লৈনবা
মমি তাই মুংশিবগী চান্নজবা ।
শংবান্নবা অভিয়া মকোইদা
পুনিমাগী ইংলবা থাজনা
শুমহৎপী শাথেকা লোইননা
লৈনা জগোই শাহনা
লুপা মহি চাইগুম্না
চহি কয়াগী মতুংদা
গীতাগী থম্মোই লৈকোলদা
অনৌবা য়াথলগী মওাম্না
ভাল্লক্কে কোচিল কোইয়া য়ৌনা ।
মরক মরক্তা ঔরাইজরা
খোংহনা বাশি ঐনা পামজবা
থেংলবা অহিংগী মতমদা

য়াম্না মেংলবা খোঙ্গাংদা
তাথ্রোই নোংমদি
গীতাগী ওইরুহনা মিকপ থোকপা মতমদি।
য়ারং খোঙ্গেলদি থোক্তুনা
মোলাংদগী ভাক্লাং কাংথত্তুনা
শজি নিত্তাবু ভমজবী মিংস্নানা
অহিংগী অমম্ববু ফাওহনা
নাকোংনা লম্বেল চিংহনা
খংনিংবনা চৈন্ত ওইহনা
থিবারকলি লিখুল
তান্নরকালি খোঙ্গেল।
হৌরকফমদি লাপলমদ্রে
খংদবা মাওইস্থু ওইরমদ্রে।
অ্বু নক্লদি লাপথ্রেদা!
অহিংগী তাংলৌনদি খেংলবদা
কুপলবদা নিত্রাগী লাংনা
নাম্বোকলবা ঐগী থম্মোইনা
শাগচ্চবা নন্দন কাননগী লৈকোন্দা
তাম্বাগা লোইনরবা খোংথাংদা
বাশিগী শুর চানবা
লৈনা জগোই শাজবা
পমজবীদি মুজানি।

"হায়নৈ নিঙজোলেবু লাইবক চাওবীনি
থোকলরগাদে ঐডা...!
নকশিল্লু বদি ওমজদা
হকাইজবগী পললদি য়াংবনা
খাংবা তারেদো তুমিন্না।
ইবুংনিবু খলশিন্না?
মালজনিবু নিংশিন্না?
ঐগী তমলুবা ইহৈ
ঐগী চিলবালগী মুংশি য়াহৈ
লরে শিজিন্নফম খংদনা
কাংথ থাংবু ওইহনা।
থাংবা কল্লগা ফম্মেল ফংই
শাইবা কল্লগা ওইনমই।
শাইবকনা তম্বা মৈগনি
ঈশ্বরনা শিলবা ডাইগনি"

বসন্ত ঋতু তুংইন্না
ওসাং-থা কোয়রী ঋতুনা
অনৌবা প্যারগী ফিজোল শেত্তুনা
হাইনা হুমনা চত্তুনা
লিরি-রি হুম্বা মালংববু
খুংলাম তোইনা তোইনবু
মনাকবু কৌজরি
পিশুম শুরুপ য়েংজরি।

তাইবংনা অইংবা মকম পাম্নে
[illegible] ।
মুমিদাংব্রাইরম' মতমদা
তময়ানা কোরি চেলবদা
ব্রানরুরবশিংনা মুংশাগী চৈথেংদা
অঙৈবা মকম লমহাংদা
হন্না চাবা চৎনরি ।
মুংঙাইনা হকচিক লাংনরি ।
অসিগুম্বা মতম অসিদা
মুংঙাইবা ব্রাখলদা তাওহনা,
ম্‌গাগী পাম্বা চোওঙা মচুগী
শারি অমা বেনারসগী
লৈরোংনা হৎলবা সনা মচুগী
শেৎচরিবী তোঙানবী গীতানা
খোংদা নিংথিরি রেশমগী ফেনাৎমা
ঐখোয় অনি থোরক্লে তোর্বান্দা
থাহনা মানা ঐগী মাংদা ।
মালংগী কাইদা খোংথাংদা
খুজি-নাচিগী তাম্বাদা
চোইনা তাবী শম্মলাংনা
খোইমুনা লৈম্বী চুপকুম্মা
মুজাগী মেংলবা খজাইদা

থেংাল হুঙ্গৎ-হৎন। ।
তথকপী শক্তি মিত্তা মিৎয়েংনা
য়েংলকপদি হাইফেৎনা
মদনগী থোংনা মেংলবী তেনগুম্না
রতি মৈচাক হাপ্তুনা
চাকহল্লি থম্মোইবু অহোইনা
পেলবদি নাইহন্দে অমৃত্তগুম্না ।
শাল পাম্বী অমগী মখোংদা
সুরমা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা
ফমথরোইবান্নি ঙাইহাক্তুং
তুমিন্না লৈনথি ব্রাংল্লেন খরদং ।
শাল পাম্বীনদি শেকপিল ওইজরি
উরুমনদি য়ুথল শকলোন লৌজরি !
মালং শউম কলবনা
গীতাগী শারি মচিনা
লৈরাং পরেংগী মওংদা
য়েৎলরে ঐগী ঙকশমদা ।
লোইবী চীংগী মরুমদা
অহিংগী মমৈ ওইবদা
কোরৌনদি মশক উত্রিঙেদা
অয়ুক লাইরেম্বীগী মাইথোংদা
শিন্দুর পারপ চাইগুম্বা

ওইখরে গীতাগী চাইরুং কজবা
ঙাঙ্‌াম্নবী চিলবাম্না
কাংথোক্লকপদি খোইরুম মোমোম্না
তমজনি পাৎকী থরো অঙাংবনা
য়াতোনগী নিংথিজবনা
কৈদৌনি কুন্দো পরেংনা ।
লৈশিল্লকপগা নিঙোলনা
ফিজি সোথোকে খন্দুনা
ঐগী ঈহৌরবা চিলবাম্না
ঙোংলবা শিঙেঙগী চাইরুংদা
খোইমু খ্বাংজেংবগী মঙংদা
তাঞ্জা-মেঞ্জা চারুরে
হয়িং খেনফম ওইরুরে ।
শক্তি মিৎয়েং তথকপী মিৎস্নানা
মালেম লৈদা ওন্দুনা
অহিং মতম লোইবদা
কোরৌ মশেক্লা য়ৈবদা
থরো কৌবী লৈরাংনা
উমশিলথিবগুম খংহৌদনা
রাংলেন থরদং লৈখি তুমিন্না
রাথল খম্বা নংদনা ।
ছুমহুনস্ন তপলপনা মালংবনা

তুথোং খুদিংমক কাখি হুমাং মরিক্ক।
গীতা ঙাংলবরা মাইথোং তয়ালগুম ঈকাইবনা?
তৈথোকচগে তপনা খুৎশিনা
খেম্নবগী পলনা রাংবনা
মতাগুম মশা-তেক্লবা চেকলানা
পাইনিংবা পাইঙমদনা
য়োনিংবস্‌ য়োঙমদনা
লৈমাই থক্তা ওন্দুনা
মতম খোংলৈ ঙাইহনা
লেল্লগদবা ইপুন্সিনি
চৎখ্রগদবা থরাইনি।
শ্রীরামনা সনাগী শক্তি তান্নখিবদা
লক্ষ্মননা খাংপোক্তা অকোইবদা
লৈই চিংলম্বগুম লিরুং খোংজিন
চিংজৈ লৈই অমা য়াখলনা।
"থাম্বী মৈনা চাকলবদা
মৃৎপীনবা লৈত্রবদা
পুন্নমক ওইখি লোইনা তাঙ্গোই
অহুম্না ওইহল্লগেরা মুরা ঐগী থম্মোই?
হায়দোকপদা রায়বা
পুজবদা লুমলবা
মুংশিবা কৌবগী পোৎলুম্বু

## ঐহাক ৭

ঐগী থম্মোই' থাররে মুংশি তেন্না
কামদেব লৈরিবরা নংদি লোন্তুনা ?
অম্মুক নাবা চৈনাদি খাংগনি করন্না ?
মুংঙাইহল্লি. কপহল্লি. নোকহল্লি.
চাকহল্লি, শিনিংহল্লি, ইথৌলাংহল্লি !
হে ইবুঙঙো নংগীদি ইল্লি নতুং রতিনা
ৱারুরবস্তু সেবা তৌরিবা লোয়নবীনা।
ওৎপিরগন্নু ঐবু অস্তুমনা
নফম লাংদা লেংবিখ্রো তুমিন্না।
মরা চেৎত্রবা পামেলগুমলবা ঐঙোন্দা
লোইনাইত্রবা পুল্সিগী লৈকোন্দা
থোৎনা মেংনা হৌরিবী মালতি নংনা
য়েৎনিংলি অঙোইনা পামজনা।
মালংবগী অকলবা খোঙগাওদা
লাইবক থিজ্না পমেলনা তুবা তাবদা
উন্নি নহাকস্তু থোৎনা য়েৎচবা
মাংগনিকো অরেম্বদা নংদনা পাওমেল্লম্বা।
ওইরমলবদি ঐহাক মরা চেৎপা ভলা অমগুম্না
য়েৎচরো ননিংতমনা হায়জগদবনি হরাওনা।
ঐদি লৌনম মাইথুমস্তু উপনিংদে

চিলবান্দা লাংবল খোইহিন্নু তৈনিংদে।
পোম্বোম্বী মপুং ফারবী গুলাপ নংবু
মফম, মতম চাইচাদে খংদনবু
শিঙঙেল শমলাং চোইজাইনহলবা
লৈখোক্তা খুদম লৈহলজবা
খোইমুনি মতম কুইনম্মী পামজদবা।
থম্মোইদদি পীরি শাফু অমা অকলবা
নোংথাংগী শাফুগুম শিংথানফম খংদবা
মহু ঙমজদে ব্রাহৈনদি ফোংদোকচবা।
ঐগী থম্মোইগী পাকচাওরবা সরবরদা
লাইজনদি তনিক তনিক চোলবদা
শাৎলি থম্বাল অনিথক য়াম্না লাপননা
নোংপোক্তনি অমনা নোংচুপতনি অমনা।
নোংপোক্তা শাৎপী লৈরাং থম্বালদি
মতমনা কুইশিল্লকপনা উশিল্লক্রে শকফমদি।
নোংচুপকী থম্বালদি ময়েকশেংনা ফজরি।
শরৎকী পুর্নিমাগুম ইংনা নিংথিরি।

গীতা ইশৈগী রাগ খরদি হান্না খংলবীনি
মহে হৈবগা লোয়ননা জগোইদম্নু চংখোল্লবীনি।
ইশৈনা অতাবগী থম্মোইবু গুমহৎলি
জগোইনা অয়েংবগী থম্মোই চিংশিল্লি।

তন কয়ানা মপুং কানা লৈত্রেংলবী শিঙভেলনি
পানলম্না হুমিং-থাঙম মেজবিবী মনোমনি।

ঐগী মতম মাংহনমা হোৎনজবা শাথম্না
শর্কচবা ভাব্রে মাপ কয়া অপনবা য়াওদনা।
বাগমাতাগী থৌজালনি নিংজে ঐহাক্না
মতম থুদিং কোল্লি ইমাগী চয়ন পুল্লিংনা।

গুলাংথাগী শারবা নুংশানা
কোরৌনা কাখৎলকপগা লোয়ননা
লাইজ ঈথৌ লাংহল্লি
মীওইবা কয়াদা হুম্মাং ঈরিক কাহল্লি।
মালংগী ঈহুম থেম্লদা
থবাল্লদি মৈবা হৌবদা
বিদ্যুলিগী পাংথাম্বী
থৎনা হুমজবা হুম্মাইগী
অকংবা মতেং কম্না লৌহনা,
খুদোঙ্চাবা অইংবা মকমদা লৈহনা
থাংনরি মীওইবা কয়ানা।

মথুংগী থাল্লনি ঐহ মুমিন্না।
অতোপপা মাইক্রোকনা কা মমাংদা
শিলিং কেমংগী মথাক
থাক্নৌ অমা লোংথাবি ওনথোইনা

ফমুংগী মথক্তা ঙৌরবা পশোৎকুমনা
চেংলবা খ্বাংদানা নোংশানা ইকাইনি
কুচুগী ফজবনা চীংমাইগী থাবল ঙমজনি।
থজাইদা কারকপা হুম্মাংগী ঈরিকনা
অযুক্কী চক্রবান্দা কারকপা কোরৌ মশেকনা
নোংপোক মালং' ফজবগুমনা
নিংথিরি থোইমু ঐগী থম্মোই হুনা।
থম্বালনা ফজবগুম্না লুরবা লাইজ-থক্তা
পুম্মুম তাবী খুবোমনা ফজরি ফমুংথক্তা।
নৌগী তাম্বগুম থেক্কৎ থেকচিন শান্নরি।
থ্বাংগী শেৎজিবা পারবা ফিজোন্না ঈপোমগুম ফজরি।
লমহেলবী মিৎস্নানা লাইরিকপাবা মালহল্লি
ঙাংতক ফজবী খুনিংনা জগোই মওং ওইহল্লি।
পংখাগী কোয়না উংবা শউমদা
য়ানা খাংজরবী হকচাং কুপলিবা ফিরোন্দা
থম্বৌ হেরা পাম্বোমনা তোইনা মতেংপীজরি
খুজিগী মখোন্না ফাগী জগাই তৌবীরি।
চোইনা তাবী শমলাংনা
পারবা লৈচিন ওইতুনা
থাজগী মাইখুম ওইগুম্না
অমুকম্মু উ'গুম তশেংনা
শান্নজরি গীতাগী মাইথোংদা।

লুরবা খোইদৌনা কোমগোম্বা ফিজোন্দা
ঈরুম্পম্বী শান্নরি কাওভানা তমজনা
খোইশাওরে তাকপগা লোয়ননা।
পুক্লিংদা ঈরাংহৌ য়েংনিংবনদি
কল্লশিল্লক ওলাংবগী মৈশানদি
লাইরিক পাবা শাশিন্নহুনা
ইমাইবু কুপশিল লোৎশিন্দুনা
থাংলি ফমুংদা য়েৎ-ওই হাইহুনা।
খুৎপু নিকহল্লি ৱাখলনা হেনজিল্লকপনা,
থল্লম্বা লাইরিক তাখি লৈমাইদা খংহৌদনা
ঐগী মাইকৈদা য়েংলকই গীতানা
উপনা হিপ্লগা খোং অনিনা থাঙ্গৎনা
লিরি হাপ্লবা গান্দিব লিরুংগুমনা।
নোক্কবা ওমথিদে তবাবী চিলবান্না
থিংহুনস্থ ফনা কন্না ৱাখলনা
কুন্দপরেংবু ওমজবী ম্নামাংনা
চিলবালবু খামজখি চিক্কুনা
কন্না য়াংনা থৌরবা শগোলবু খাম্বগুন্না
চুপলি চিংখত্তুনা থুনা য়াংনা।
লমহেল্লবী তথকপী মিৎচিনা
হুরাল হুরাল য়েংলি য়েংশিনদবা শাহুনা।
তাখিবা লাইরিকপু খুলগৎলে থুনা

মিৎনদি য়েংহুনা শিঙভেল তমনা ।
ঙাইহাক্তুংদি নোংথাং অনি তিনগুম্না
মিৎকা মিৎকা চা-ননা
মোমোল নোকপা মান্ননা
থম্মোই অনি তিন্ননা
অতোপ্পা সংসার অমদা
নোবা লৈরাং লৈকোন্দা
খোইমু লৈপালবা ওইহুনা
লৈরাং লৈহৌ চুপতুনা
মিকুপ খরা লেল্লুরে
মুংঙাইবা ঈপাক্তা তাপরুরে ।
লেপপা লৈতে মতম কৌবীনা
মুংঙাইবস্থ মুংঙাই মুংঙাইনা
অরাবস্থ রানা রানা
হৌথি চৎথি লোইনা পন্দনা ।

ইশৈগী রাগ কয়া শকমিন্নৈ
স্বরগী সাধন ওরাইমিন্নৈ ।
সেতার পুননা খোংমিন্নবদা
শাংতক তাবী খুদোলবীন্দা
হুকচিলবদা মেজ্রাপনা
নারমগদবোই থল্লুহনা

শিডেঙ্গী খুৎশাবু পাইহুনা
শেমলুই তপলপনা।
তুখোং খুদিংমক হকচাংগী
রাখল খুদিংমক ইশাগী
নোংথাংগী শাফুগুম
খংদনা পান্দমফম
পুকনিং তুজং ফাওরকখি।
হুম্মাং লৈরিক কারকখি।
শানৌগী তুংদা লৈহুনা
সেতারগী ফিরেপ চাহন্না
খংজবা কয়া তাকুনা
খোংমিন্নখি ইবান্নি হুংঙাইনা।
যন্ত্রদগী থোক্লকপা মখোল
খনাওদগী থোক্লকপা খোঞ্জেল
শেমখ্রে অনৌবা ঈরম
কারকলে অঙকপা ঈপোম।
ওইরক্লে ফোংঙমদবা পুন্সি ইশৈগী
তিন্নবগী কায়নবগী, অরা মুঙাইগী,
মাইথিবগী, জয় ওইবগী, থৌরাংবগী'
অপেলবগী, অঙাং ওইবগী মথোক কারকপগী,
তহল ওইবগী মহুদা লোইনা তিল্লরে
পূন্নমক অমত্তা ওইনা থোক্লরে।
নোংমগী শিথরকপা থাজগী অহিংদা

লৈচিলনদি পারপ পাইযদা
মপুং ফাত্রবা থাজনা
নুজা মাইথোং পৈরপনা
মশাবী চেংলো য়েংগুম্না
অমুক ঙাল অমূক মম্না
মালেম লৈদা য়েংলক্লি
মালংনম্ তপলপ হুমলক্লি।

ওল্লাং থাদি ওইবনা
ইমুংদগী মপাল থোক্তুনা
থুত্তা বাঁশি পায়দুনা
পারবা ফিজোলগা লোইননা
খাংননবগী তুম্বা য়াদবগী অৱাবা
মুত্তি অমা শুরনা শাগত্তুনা পামজবা ;
অচৌ অপিশক থাইদবী
লাইর-ইনাকখুলবা য়েংদবী
কৌজরি নিত্রা ইমা লেংবিরক্লবা
মতমবাক্তা চেৎনা কোলবিনবা
বকুল পাম্বীদা ঙাহুনা
লৈজৈ মতম থরা তুমিন্না
অহিংগী অচিকপা থুগাইনা।
অনকপদা খোংলি কোকিল কুহু হায়না।

ঐহাকসু মখোল য়াম্না নেমনা
খোংলি বাঁশি ইমিৎ উইশিন্না।
খোকলকপা মখোলনা বাঁশিগী
মালংদা ওল্লাংলবা অহিংগী
তাওরক্লে মফম খংদনা
ওকপীনবা কনা লৈতনা।
শ্রীকৃষ্ণনা খোংকপা মুরলী' মখোলনা
গোপীশিংগী থম্মোইবু শুমহৎনা
মশা মশাগী মথৌ কাওহলহুনা
অকি অখং খন্দনা
লাকহল্লি মনাক্তা
ওইহল্লি থম্মোইবু অমত্তা।
রাধাবু কৌরি মুংশিবা মখোলনা
তাদবসু লৈতে ইবেমমনা।
রাধে নংদি ঈখৌলাংলবা মীওইবগী আম্মানি
জাগৎকী মবুঙঙোগা অমত্তা ওইবী পামজবীনি।
ইশাগী বাঁশি মখোলনা
ইশাবু ইথস্তা কাওহুনা
ইমিত্তা পীরাং চেন্দুনা
খোংলি বাঁশি অতৎপা লৈতনা
পামেলদা য়েংপদা উরিনা,
পেলজবগুম মহৌশানা

মুরা অমদি তুমিন্না
ইনাক্তা নৈরম্মী লেপতুনা ।
বাঁশি খোলজেল লেপখরে
মপালগী রাখল কাওখরে ।
থন্না খেনজোংদা পকপা লাইজনা,
হুম্বদা লিরি শিৎপা মুংশিৎনা
তাখিবগুম তনিক তনিকনা
মখোংদা নৈবা লাইজতমনা
ইশাদা অইং-অশা ফাওরক্লে
হান্নগী ফিবমদা হনজিল্লে ।
ইকাইজবী মিৎয়েংগা
ঙংনিংবী চিলবালগা
লেপলিবী মুজাবু উরক্লে
মিৎকা মিৎকা চান্নরে ।
পাইখ্রগা নৈচিলনা
লুপা-ফিঙৌ ফৌগুম্বদো থাবলনা
শেংনা উজবা ফংলক্লে
পুক্লিংদা চৈথেং ফাওরক্লে ।
"কনাবু নিংশিংবীহৃনা
মুজা কনাবু শিংথাবীহৃনা
খোংবিরম্বা বাঁশিদো ?
ঈখৌলাংবী নোংগৌবী করন্না ওইবীরম্বনো ?

তৈথোকচগে পীরাংদো
পুজবা য়াওজগে মুংশি পোৎলুমদো।
পীনবীয়ু বাঁশিদো ঐঙোন্দা
লৈবীয়ু মুজাগী ইতুংদা
তাকপিয়ুবা খোংজবা
করম্নবু খুৎখৎ তুংইল ওইজবা।"
মুজাগী লৈহুনা মতুংদা
তাকচরি করম্না খোংগদগে চিলবান্দা।
থোৎলবী শাংতক তাবী খুৎশানা
বাঁশি মখুল খৎনা খৎনা
হোৎনজৈ পুক্নিংগী ফোংদোক্নবা হায়নিংবা
ইখ্ৎনা তেংবাংলি মখোলদু ওইনবা,
শোইহুনা মুজাগী খজাইদা থেংবদা
ফাওখি যুগনী নোংখাংগী মঙংদা।
শাংতক তাবী মিৎচিনা
য়েংজরমই হাইফেৎনা,
কুন্দো পরেং য়াতানা
নোকচরম্মী তুমিন্না।
ঈকাইবনা মাইথোং তয়ালগুম ঙাং
নিকচখিবনা হকচাং কায়াৎ খুদিং
করম্নবু ফোংদোকচবা ঙমগনি?
করিগবু চাংদমনগনি?

থাওদনবু ডমজনা থোংলবী খুত্তম্মী
বাঁশি নানথখরে মথক্তা শারিগী।
থাবল্লে থাজগী মঙাল ফংবদা
লোংলম্বা লৈনম মশাদা
ফূদোকলক্লে থংহোদনা ;
তিংখংনা য়োমলম্বা কেতুকীনা
মাইথোং ফিজং হাইদোক্নুনা
ইনম চাওবীনি থংহন্না
মালংদা পাওখোল শিরক্লে,
নাতোন্দা চৈথেং পীরক্লে।
চোইজাইনবী শম্নাংনা কুপ্লবা মাইথোংবু
লোংকদগে কয়া কুইনবু !
য়েংজগে থম্মোই পেন্না
অপেলবা ওইজগে লাইরক চাওবনা।
গীতা চংলসি উখিগনি কনাগুম্বনা
ঙাংনখিগনি নত্তবা কয়া তুমিন্না !

## লৈকোলনুংদা ৮

ওলাংথাগী খোইশাওনবী মৈশানা
হেলগংলকই কাখৎলকপগা কোয়ৌনা।
হৈরাং লৈরাং খিবিকনা
চোকথরবা শকফম উত্তুনা
মতু শোল্লবা পোম্বী চেক্লাগুম্না
লৈরি মশা ইরেক লেকথনা।
অয়াংবা কেভি পাম্বীগী উনারক্তা
পোৎথাফম খুদোংচাবা উৈৎথক্তা
তোংলহুনা কোকিলকোবী চেকলানা
মণ্ডাশুবা খোম্থাংদা খোংলক্লি খংহৌদনা
চেকলা মাগী কুহু হায়বা খোঞ্জেলনা
মচিল পারবা তেলদি ওইরহুনা
কাইনরবীশিংগী থম্মোই লকাদা
মৈচাক পীরি খাঙভমদবা শাফুদা।
কোকতোন্দি লালখ্রবদা মুমিৎনা
লৈশিল্লকলবদা নুংথিলগী মতমনা
নাগেশ্বরগী মখোংদা,
বকুল পাম্বীগী মরুমদা
ঐস্নু পোৎথাজে তুমিন্না
ওলাং মৈশা কোকনি থন্দুনা।

ঐগী হৌজিক লৈজরিবা মফম
ওইজবিবা পুন্সিগী কায়দোংফম
ওইহন্নিংদে তাঙ্গোই ওলখিবা
লমজাওখোলগী শাফূদা অকনবা।
মমনা নোংহৌ লাকলে উবদা
জগোই শাবম্বা রাহোংনা লৈমাইদা
পাইখিবগুম মমৈ থূপচিন্না
হুন্দোকচনিংদে তুমিন্না।
ঙৌববা কোমগোম্বা ফিজোন্না
পাবপ্পা লৈচিল ওইদুনা
হকচাংগী কায়াৎপু কুপ্লপনা
তপনা থোকলক্লে গীতানা
তেনরানা লৈপাক চৎকুমনা
ঙাংলবা থোৎলবী খুনিংনা
হুম্মাং লৈবিক্কা লোইননা
চংলক্লে লৈকোল তমনা।
ফমলরে গুলাপ পাম্বী মখোংদা
মিৎচিনদি তথক থম্মোইগী ঈহৌদা
ঙাংলবী পোমশাৎনবী গুলাপ অমবু
চুপচৈ তবাবী চিলবালনবু।
হেকল্লবী লৈবু পাইরম্মী খুৎশানা
মুজাগী খুত্তগী নাম্থোক্লক্তুনা

তারক্লে ঐগী তম্পাক্তা তপনা।
কোইয়েং য়েংজে খংবগা লোইননা।
গীতাস্থু ওকলাং পৈরপ লৈরপনা
অচোইবা শম্লাং' ফিজং ওইতুনা
ইকাইজে হায়বগী মতাগুম
শোইথ্রমালে মওংগুম
লৈজখি পামেলগুম তুমিন্না
য়েংতুনা মিৎচিনদি ফলপনা।
পুক্লিংবু ব্রারকচৈ কনা খংদনা
উর্ব্বশিগী খুইদরবা শকফমনা
চিংখিবা ওমখিদে অজ্জুর্নগী থম্মোইবু
য়েংতুনস্থু মিৎস্না থম্বালনা তোইনবু।
মীচৈদি ফংখি মতুগী মহৈনা
নপুংশক ওইনা কুমজা অমা চুপনা।
ইশাগীস্থু মতমগী ফিভম্না
পার্থগী মতৌ তমতুনা
হে থম্মোই ! থাডউতু ম্নুংগুম কন্দুনা
খাংখিবা তারি তুমিন্না
পুন্সিগী য়াংবী লমশাংদা
অরাবগী চৈথেং ফংবদা
চোকথরবা ঐহাক্কনি,
পাঙ্গল য়াওব্রবা যাত্রিক্লি।

নপাং য়াওব্রবা চেক্লাগুম
য়েংফম লৈত্রবা উরিগুম
করিগী লেপ্তুনা লৈরিবা
মফম অতুদা চিক্লবা ?
শিঙভেল নংদি লাইবক ফবীনি
শক্তা মহৈদা ব্লাৎত্রবীনি ।
ঐদি কচ ওইরিদো
ইমাবু শুক্রনি খল্লিদো ।
হে মালতিগুম নৌরবী
ওলাংথাগী মৈশা থাংবদা লেপঙমদ্রবী
য়েংপীয়ু থব্রাইগী অপাম্বা থুংনা
লৈজগনি তলা পামেল ওইহুনা ।
অপাম্বা ঙাইহাক্কী ঈথক্লা
পোলোইগী তোর্ব্বাল য়ৌদনা
পুন্সিদা শান্তি লৈতনা
করম্না লেনগনি নুজানা !
লাও চংশিল্লকউ পোথামিন্নসি
হৈরাং লৈরাংচুরবা মালংগী শউম থেংনসি ।
কালেলগী মৈশানা উরুম্বু পামজরবী
তৈথোকচগে হুম্মাং খজাইদগী শিন্দুরগুম ঙাংলবী
পেঞ্জগে মহুতনা পুন্সি অসিমগী
নিংশিংজবা ওইজগে মতম কুইনগী ।

অসিগুম্বা যোৌবনগী উমংদা
ইনিং ইখা তম্নগী মওংদা
ঙমলমলবদি শামজরা
কয়াগী মতিক নুংঙাইরমগরা ?
তমপাক্তগী গুলাপ লৌথবদে
থম্মোইদা চেৎনা কোলশিল্লে
নালবীরে চোইজাইনবী শন্নাংদা
নমজরে লৈনম নাতোন্দা।
নাক্তা শাৎলিবী মাল্লিকাবু হেক্তুনা
লৌথুপ ল্লোকোই য়াওদনা
নুজাগী পামজবী নাপদা
নুংশিজন্না নাচোমগী মওংদা
থেৎচিলবিরে ইথুৎমক্লা
হরাওজবগা লোইননা।
য়েংখলকই ইকাইজবী মিৎস্নানা
করিগুম্বা থরা হায়নিংবা উত্তুনা।

## চহি খরগী তুংদা বিনা ৯

চহি কুমজা হৌখরে
থৌদোক খরস্থ থোকখরে।
শরৎ ঋতু খোংদারক্লে,
থাবলগী ফজবা ওইরক্লে।
তোইনা উনবা ফংবনা
মমল হস্থরবা পোৎকুম্না
ফাওহল্লি মীওইবা কয়ার্দা
থৌশাদবস্থ ওইরকই করিগুম্বদা
শ্রীমতি রাধিকা ফাওবদা
কায়না মৈচাক ফংবদা
শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংজৈ অহোইননা
কাহল্লি অনৌবা ঈথকনা।
ঐদি লাইরবগী চৈথেং ফংলবা পুন্সিনি।
যৌবলগী আশাগী ন্নাংমদা লৈরবনি
ইখুৎনা ফংদ্রবস্থ হেকচবা
য়েংজগে ইমিৎনদি পৈন্নবা!
মতম অমগী লৈন্নাং শকহেলবী
ঐগী থম্মোই শুমহৎখিবী
ফংলরোই থংনা থংনা
নিংশিংলি তোইনা তোইনা।

থম্মোই অসি চেকখাইরে
খাওঙমদ্রবা মৈচাক ফংজরে
খল্লু খল্লুবা খুদিংদা ।
হিংদবদি য়াম্রি তাইবংদা
ইথোৌদাংদি পাংদবা য়াম্রি সংসারদা ।

He who feels no trouble and worries when in pains and remains indifferent amid pleasures and liberated himself from passion, fear and anger is called a Mahatma of steadfast' mind & pure reason." Bhagvat Gita Ch 2 v 56

ঙমজবা পীনবীয়ু ইনজবা গীতাগী পাওতাক
খাংজবা ঙমজগে থম্মোইগী মৈচাক ।
ঐগী খরদং খংজবা ইশৈবু
তাহনজবা পামজরে মীয়াম্বু ।
কলেজগী চহীগী ফংসন্দা
আধুনিকী অচম্বা রাগদা
অহানবা ওইনা শৈহৌরে,
ইশাগী অকি তুজুং মাংখরে ।
লৈচিম্না কুপ্লম্বা থাজনা
লৈরম্বা মণ্ডাল মকশিন্না
পাইথোকখ্রবদা মাইখুমনা
ঙাল্লুকপগুম নিংথিনা
ইশৈগী শকনিংবা ইথিল ফাওরকলে

হোৎনজবগী মহে চারক্লে।
ঢাকা, কলিকাতাগী রেদিও ষ্টেসন্দা
শকপা ফংলক্লে ইশৈ প্রোগ্রামদা।
ঈশিং ঈচেন্দা কাওশিংনা তাওবগুম
থংদ্বনা লৈরক্লবা পম্থুংখম
ঐগী চরাংনরম্বা য়াথম্লা
শান্তি ফংলক্লে তপনা তপনা
শঙ্দগী চিংথহৌরবা চেক্লানা
মপাংশিং ফংলবদা অমুকহন্না
কয়াগী মতিক মুংঙাইজবা
করম্না য়াহৈনা ফোংশিবা ?
থিয়েটর, ড্রামা হোলকয়াদা
মীয়াম কয়াগী মমাংদা
তোইনা ইশৈ শকপা ফংজবনা
পুকনিংদা ঈনোৎ হাপপগা লোইমনা
মরুপ মপাং কয়া থোরক্লে
চালবীবা কয়াম্থু য়াওরক্লে।
বসন্ত ঋতুগী মতমদা
মালংনা কাইদ হব্দা
শাবী শানৌ থম্মোইদা
অংহোইমা ঈরাং হৌবদা
চাকলকপগুম অপাম মুংশি মৈহিনা

ঐগী থম্মোইবু কাঙাওনহল্লি ইশৈনা।
শকনিংই ইশৈ তত্তুনা
খোংনিংলকই বাঁশি তোইনা।

গীতাগা নোংমা চৎলম্মী ফংদ্রুনা বার্তোন
তারুনবা ইশৈ মখল মথেন
মেনকা থিয়েটরগী চাওরবা হোলদা।
অরাকপা মীয়াম্না থল্লে ফমফমদা।
কামিনি কুসুমদা লৈরাংনা য়োম্না শাৎকুমলে
হোলনা লৈকোল মীয়াম্না লৈরাং ওইঙমলে।
গীতাগা ইবান্নি ফল্লম্মী মমাং থংবা পরেংদা
লাক্লিবা অয়াম্বা ফজনা উরম্মী মতমগী ফিজোলদা।
অহৈবা কালাক্ষারশিং ইশৈ শকপা হৌরকলে
থরনা ভর্জন থরনা কীর্ত্তন শকলকলে।
মমিৎ পাংথোকত্রবদি লাইয়েকপনা ঙমদে উহলবা
মীওইবগী থম্মোই ফাওনা য়েকলিববু খংহলবা!
মখল কয়াগী শাহুনসু মূর্ত্তি লাইশাবনা
মিৎনবু য়েংত্রবদি নিংথিনা
করম্নবু খংগনি অথিবা, ফজবা?
শারিবা জগোই কালাকার অহৈবা
য়েংত্রবদি খংদে নিংথিবা হুন্নাওবা
ইন্দ্রিবু ঙমদে মহাক্না খুত্নুম চল্লথিবা।

মখোল তাববু ফংলবদি ইশৈগী মুংশিবা
থম্মোইদা হকনা লৈতে পান্দবা
ইলখৎলকলিবা শাবি-শানৌ কয়ানা
মুংশি মুংওলগী ইশৈ তানিংই তোইনা
অম্মুমনা মুংশিরবা যন্ত্রশিংগী মখোলনা
ইশৈগী শুরগা লোইননা চৎলি খুৎশম্মনা
প্রোগ্রাম লাওথোকলিবা অশিল অরাংনা
লাকলিবশিংগী নহারোলগী মওং খংহনা
গীতাবু হায়জরম্মী ইশৈ শকপিনবা
মুজানম্ম লৌজরম্মী ঐগী অয়াবা।
মীয়াম্মা খংলম্মী, ফাওরবী কলাকার অমগী মমোমনি
খরল্ং' ওইরবস্থু ইশৈগী বিদ্যাদা হৈরমগনি।
গীতানা আধুনিক ইশৈ শকলকলে
মশাগী ওইজবী পুক্লিং, থোঞ্জেন্দা পুথোক্লক্লে।
অতাবশিংগী পুক্লিংবু ঈথক ঈপোম হৌহলখি
মেংলবা অচম্বা ৱাহৈনা মিত্তা ঈরা চেন্নখি।
প্রোগ্রাম লাওথোকলিবনা মাইকী থোংদা
ঐগী ইমিংপন্দুনা হায়জরকই কাবিরক্লবা ষ্টেজদা
ঐহাক্লা শকচখি কায়নবগী ইশৈ হাইফেত্তং তেল্লপনা
মীয়ামনা থাগৎপিখি পেলবিবা উত্তুনা মপুং ফানা।
অহানবা শকপদা য়েংলুদে তিল্লিবা মীয়ামদা
চালবীবা কয়াগী মুংশিবা খল্লুদে পুকনিংদা।

অনিংগুবা আধুনিক শরুলমদাইগী মত্যাংদা
মীয়ামগী মাইক্রোমদা য়েংথোকলুবদা
খংহৌদনা শাফু অমা ফাওরম্মী হুকচাংদা
নোংখোংনা মতুংইনবগুম নোংথাংগী মতুংদা।
শানৌ অমগী লংলবা মিৎময়া অনিনা
অরাম মালংদা শক্তিক থাক্য ওইহনা
ঐগী মমলবা থম্মোই আক্রিয়াদা
খংঙাল হেক ঙাললকপদা
ফাওরক্লে নিংশিং তুজুং
নিংশিংলক্লে হৌখিবা থোদোক পরেং।
তথক্লবী শক্তি মিত্তা শানৌগী
চোইনা তাবী মরুমদা শমলাংগী
পিগুরগী ঈপোমগা লোইননা
য়েংলি ঐগী থম্মোই ফাওনা
মনাক্তা মেজর অমা ফমলি তুমিন্না
ঐবু য়েংলি হন্না হন্না।
লেপলুই ইশৈ মিৎকুপ খরদং
তারকখি মিৎলুদা পীয়াং।
নিংশিংবগী ঈথিমদি কল
ওইরক্লে থম্মোইদদি তাশোল।
মতাংদি নত্তে হায়নবা য়াবা
তাঙ্গা ওইরে থাংথদি য়ায়বা।

মাংখ্রবা মনি ফংগুমনা
ঙুংঙাইজগদবন্ধু ঐহাকনা
ওইররোই থল্লবদা পুন্সিদা
রাখল অসে তাওরক্লে তরংদা।
থম্মোই থেমজিলজরক্লে তুমিন্না
নত্রবদি করি উপাইদি লৈরি ঐহাক্না ?
পিশুমগী ভঙ্গি মিৎচিগী লাং
খাংবা তাই ওইহনা চীংশাং।
পুক্লিংগী তথকলবা মালংদা
থাংডমত্রবা নিংশিংবগী শাফুদা
খংহৌদনা রাগ অহির-ভৈরব * খোম্থাংদা
শকনিংলক্লে ঐনা ইশৈগী খুৎথাংদা !
মীগী ওইখ্রবী বিনাবু অমুক্কং য়েংলগা
মাইক্কী মখোংবু পাইরগা
ইশৈ শকচরে খরদং হৈজবা
ফোংদোকনা থম্মোইদা লৈজবা।
মপালগী ওইবা ভাবকুদিখংদবা
মরী লৈনবতনা খংজবা
লৈরাংপরেং ইশৈগী শেমজরে
নুজা মাগী উকশমদা হুকচরে।

---

* অহ্যি ভৈরব= রাগ ভৈরব+রাগ কাফি পুন্সিলবা।

খলবীয়ু যাতি যুতি মালিকাগী
শেমজবা নাচোমনি হেকচত্নুা মংলান্দগী ঃ
থেৎপীয়ু নপুক্লিং তানা নাপ্পদা
মত্নুা পেনজবা ওইজগে থম্মোইদা।
অপাম্বগী অয়ুক হৌখরে
মুংশি' মুমিৎ তাশিলখরে,
মিৎয়েংনা লৌনম খোয়শাওনবা
সতি চম্লবা লিচৎপু মকহলবা
ঙমজরকোইকো হৌজিক্তি ঐহাকনা
তম্বনি খল্লুগে লাইবকনা।
নিংশিং মৈচাক্লদি কললবনা
দীপাবতী রাগদা ইশৈ অমওং শক্লুনা
পুকনিংগী মৈচাক্তি ফোংদোকনা
শক্লম্লগে খংনবা মুজা মহাকনা।
ইশৈ শকনা শকনা পেন্দবগী মৈচাকনা
মরৈ লিশিং লিশিং তিংথোক্তুনা
ঐগী থম্মোই লৈকোল চাকলক্লে
নিংঙমদবা মালং হুমলক্লে।
হুম্বদা অকলবা নোংলৈনা
ভলা পামেল কম্যানা
মাইকৈ খংদনা হাইগুম্না
ষ্টেজ লৈরকলে ইকোকঙাওহনা

মাইক মখোক পায়না প্যায়না
গীতাগী মাইকৈ য়েংহুনা
ইঙ্গিং পিরে খুং নামনা
ইশৈগী হাইবা মালহন্না
লাকনবা ঐগী ইনাক্তা
ভাইহাক্তং শকনবা ঐগী ইহুত্তা।
তিল্লিবা মীয়ামগী মরক্তা
খলবিবা ঐগীদমক্তা
য়াওরি ৱাজরবা. চেকলা অমদি
থাংলবা মখোংদা য়োংহিংদি।
বিন্দু অনিগী মরক্তা
লৈগুমনা অচুম্বা লৈই অমত্তা
প্রনয়ী অনিগী মিংয়েংদা
ওন্নবা নোংথাং অনিগী মওংদা
মৈরি থোকপগুম থেংনবদা
শাফু ফাওরকই চিলবান্দা
বিনাদা ওইখি মওংদা
কনানসু খল্লমলোই মীয়ামদো।
ঐগী চাল্লবা থম্মোইবু নেমনবা
জলধরকেদারী * শক্লকনবা

---

* মেঘরাগ+কেদারী = জলধর কেদারী

তাকচরে থুনা গীতাদা।
ঐনা রানা হারমনিয়মদা
রাগগী শুর হৌরে গীতাগী মাংওইননা
মেংলবী শানৌ' খোঙ্গেন্না
কাঙভাগী ঙকশম মাল্লবী
লাইজ য়োংথবদা উগুস্থী
খৌরিদগী থোরকনা মলয়া শকফম লৌত্থনা
থেকনা খোইনা হুমচ্ছনা
অতাবা ভাবোক শুমহৎলে
থম্মোইগী মৈচাক কোকলক্লে।

## বিনা চৎখিবা ১০

ইভা থাগী মথোং কুইরবা নোংজুগুম,
সাংবলগী লৌশি কোইডমদবা মুংশাগুম
ত্রেগী থম্মোইদে মুংওলহল্লি
রাখল ইরাংস্থ হৌহল্লি।
খ্বারেদা থম্মোইদে থাংবদা
পললেপকমস্থ খংত্রেদা।
মনিংতম্বা থোইমৃ ওইহ্নুনা
লৈকোল খুদিং চংহ্নুনা
শিঙডেল লৈরাং থিহ্নুনা
ভাইহাক্কীদা থন্দুনা
পুন্সি লেলবা পামজদে
মীক্লুংশি থন্দবস্থ ওইজনিংদে।
মীগী ওইখ্রবী লৈরাং মাগী মিংথ্রেংনা
মচিন পারবা ভেলজৈ ওইহ্নুনা
কয়াদি কন্না থাখ্রবা
থম্মোই অসিদা থ্মনব্বা!
নাহুথনা ওইরম্বা জিলগী মশাবু
চাননবা থোংজথবু
নংহৌদে চাকা ভীমাবীরনা।
থবাক্তা য়েখিবনা মনিন্না

শামু ময়া তেকাখি থল্লুবদা
অতুম্না ওইবিয়ু থম্মোইদা।
পুকিংগী চরাংনবা কোকনবা
মীয়ামগী মতৌ য়েংনবা
চৎলম্মী মেনকা হোটেন্দা
কম্লম্মী তুমিন্না ইতোমদা।
পুংবা ওইবা কয়ানা
ফজবা ফিজোল শেত্তুনা
চারি-থক্কি হরাওনা
মিৎকা মিৎকা য়েংনরি ভত্তনা।
নোংদম থিবা বিধিনা
অম্মুমনা ওইয়ু তম্বনা
মপাং কাইনরবা চেল্লাগুম্না
লেল্লগত্রা পুন্সি' কোইপাই পাইতুনা ?
য়াখলগী ইমিৎনা উরিবা ঈপোমশিং কিরবা
পুন্সিগী তোৰ্ব্বান্দা য়ৈরি ফংনা অকিবা।
হস্থখি অমুকস্থ লৈনা লৈনা মতোমতা
খাংবা ভারমাল্লে পুন্নমক তমখ্রবদা লাইবক্তা।
ঐহাক ফমলি মং মংবগুম তুমিন্না
থোৎলবী খুৎশানা পাইরকখি লেংবান্দা খংহৌদনা
মংলান্দা অরাংবদগী খংদনা তারকপদা
মীকপ খংথোক থোকপগুম মালেম য়োবদা

য়েংখৎলুহ তুংদা ঙক্লাং লেহুন।
মিৎকা-মিৎকা চা-নখি থংহৌদনা
তেরা মফোল কাপ্লগুম তুখোং খুদিং তুজুংই,
ফুনগৎলকপা স্বরনা খৌরি অসি ফুলদোই।
চহী কয়াগী মমাংদা
থাবল চোংবগী মতমদা
খুৎশা মঙানা পামজনা
ইন্দ্রি মঙানি খঞ্জনা
পাইজখ্রবা শিঙঙেল মাগী মখুৎনি
চাইরুংদা নানজখ্রবা খুবাকনি।
তামনাবু ঙমজবা মেংলবা খোঞ্জেল্লা
হায়রকই মুংশি মুংওন্না
"শকপীনবা ঈশৈ অমত্তং ময়ামগী তানবা
শিজিন্নবীত্নুনা পিয়ানোসি মাংদা লৈরিবা।"
শুমহুৎপীরবা জীবগুন উচিখোইনা ঙংবদা
য়াদবা ঙমলমদে হায়জবা অত্নুদা
আশাগী শেমগৎচরম্বা লৈকোলদা
বসন্তগী কেল্লবী লৈরাংনি খল্লুবা লৈমাইদা
ওইরম্লে ঐগী ইরাল থংহৌদনা।
মুজাগী লকাদা থনম্মী লোত্তুনা
হৌখ্রবা থৌদোক কয়া কাওদনা
মৈতাম্না ব্রাখৈন্দ্রি ফাওবা হায়দোক্লরোই খন্দুনা।

ঙসিতা খংলকলি করিনো 'লুংশিবা'
জগৎ ফাক্লনা শক্তিনি চিংশিল্লিবা।
মফম মতম মশককি তুংইন্না
রাহৈনা, ইশৈনা, লাইয়েকপনা,
লাইশাবনা, যোগিনা, মুনিনা,
হিংলিবা সংসারগী জীবনা
ওইথোক্তে অর্থবু লোইনা খংবা
অহুবু লোইনদনদি চৎলি লুংশিবা।
চংশিল্লে ঐহাক পিয়ানো তমনা
খরদং লাপনা লেপলি বিনানা।
অহানবদা লাইবক কচ্চে পিয়ানোবু
হন্না অমুক্তং য়েংজে বিনাবু।

"গীতং নিরূপিতং তঞ্চ বাদ্যাধীন মতোময়া।
বাদ্যং নিরূপিতে গীতন্ত্যয়োরনুগুঞ্জনম ॥"
( ইশৈ জগোইদা থল্লাই হাপওমদে
নত্রবদি বাদ্যাগী মতেং। ) সংগীত দর্পণ।

মতম কুইনা কাইনরুরবগী তুংদা
চক্রবাক পোম্বীনা উনজবা ফংবদা
মশানৌবু চেৎনা কোনজবা
কয়াগী মতিক লুংঙাইবা থম্মোইদা ফাওজবা...

ফাওরম্মী মতৌ অহুগুম্না ইশান্দা
ঐনা ইশৈ শকচবা অহুন্দা।
মমাংদা মতম থরগী থন্নাই য়াওদবগুম লৈরম্বা
ইশাগী খোনথাংদা অপনবা খোকলম্বা
পিযানাগী মখোমা লৈরকদা নিংথিনা
ইশৈগী মখোলগা যন্ত্রগী গুরগা চৎমিন্নরে খুৎশম্ননা।
লেপতুনা মাংদা রতি শকলোল লৌরিবী
পাংখাগী শউমদা শমলাংচোইনা তারিবী
করি থলখিগনি নশাবীনা খল্লবী
কাওবীরগম্বু মীগী ওইখ্রবী
হন্দকমুক্কী পুন্সিদদি ওইররোই থংনবা
থম্মোই মুংদদি থমজগে প্রতিমা পামজবা।
লেপচরবস্মু ইপুক্লিংদা
হ্রারকচরবস্মু ইতোমদা
লমহেল্লবা মিৎসিনা
খামমুবা নংহৌদনা
বিনা মাগী মাইথোংদা
লৈচিন্না ফিজং হাংবদা
মপুংফারবী থাজগী মাইথোং উ'গুম্না
হেক্তা য়েংলুই খংহৌদনা।
মতুনা মরম ওইতুনা
থক্তোকলকপা মমিনা

তাশোল ওইরে এরিঙোন্দা
খাংঙমলকত্রে ইশাদা।
বিনাগী তথক্লবী মিৎস্নানা
শজি মিৎয়েং ঙমজনা
য়েংলকপা খুদিংদা
ঈহৌরকই থম্মোই লকাম্লুংদা
রাজে উৎলি তনৌবী মাইথোংদা
রাহৈনদি ফোংদোকপা ঙমজদা।
ঙমজদে কুইনা মাইয়োক্লজবা
পামজরবস্থু তোইনা য়েংজবা।
নিংঙদবা নোংলৈ হৌরক্লে
ইকোক অসি ঙাওরক্লে।
উবা পূম্নমক ইমিৎনা
ঙাম্লক্লে হুমিৎকুমনা
তেরা মকোল পাইংঙ্লা
হুমলকপদা মালংবনা
ইশা অসি হাইরক্লে
পলেম অপোকপী নিংশিঙ্লক্লে।

## লাইয়েংশংগী কা অমদা ১১

মথংগী অয়ুক্তা কোরৌনা মালেম খোংদায়ে
সনা মচু নমথাংনা অমুক হেন্না ফজরে।
ঐবু মংলানচারা তাইবংলা!
নিংশিংবা থোক্তরে লৈকোল্লা কনাগুম্বগী ময়ুমলা।
তোঙ্গানবী মথোৎ ক্বারকপী নর্স অনিনা
লৈরি নাকয়েত্তা পুক্লিং চংনা লেপতুনা।
ঈশিংগী ঈমাইদা তাওখৎলকপগুম ঈরুপ্লুরগা
পোৎলুম থাবগুম ব্লানা পুরকলগা
ব্রাখলগী ফিজং হাইদোক্লক্লে তপনা তপনা।
পিয়ানোনা কদাই, বিনানা কদাই, য়েংলি ইনিংনা।
গীতা চংলক্লে থুনা য়াংনা ইনাক্তা
থোৎলবী খুৎশানা থম্লে লাইবক্তা।
ঐনা হংডি গীতাগী খুৎশাবু পাইসিন্না
'কনানা ঐবু পুবিরকপা মফম অসি তান্না?'
কেতুকী লৈরাংগী মুংশিবা মনমবু
ঙমজদে থিংজবা কুয়োমনবু
হুমতুনা পুবিথি মালংবনা।
"নশাগী হৈজবা মুংশিবা ইশৈনা
শানৌ কুমারি ওইব্রবী অমগী
শুমহৎলুরমালে লৈজবা থম্মোইম্রশাগী।

মাগী নুংশিবিবা মতেংনা য়োরকপনি অসিদা
মখাদি হংথবিরম্মু তাকচগে য়োরগা য়ুমদা।"
য়োরক্লে গীতাগা লৈফমদা
পোংথাজরে ইশাগী কাদা।
থোকখিবা থোদোক নিংশিংলে
ৱানথরুবা মরম খংলক্লে।
মীগী মশানৌ ওইখ্রবী
চেক্লাগুম মিৎয়েং কারল লালখ্রবী
ইমাগী পুকচেল চেল্লম্বী
ইফমদা কামগী ৱাখল লৈতবী
ঐগীদি প্রেমগী নিফম থোক্লবী
পামজবীগী পংথৈ ওইরবী
নংদি ঐগী পুন্সিগী মালংনি
নংদি ঐগী খাম্বীনি।
পল্লা খরা পলবগুম চেক্সবদা ঈশিংনা
গীতাগী কাংগুগী গুকশমম্মু গুমজবী থৌরিনা
পুক্লিংগী চিংনজববু উত্তুনা
মিৎস্নাদি কুপফেৎ কাফেং কুপ্তুনা
চিঠি-খাও অমা পিরক্লে ঐঙোন্দা
করিস্মু খন্দবগুম উৎলি মপালথোংদা।
"মীশক হায়গম্মু মেল্লম্মী
মপাওখোল তমগম্মু তাকলম্মী।

ফজৈদা মাইথোংদো
মেংশ্রেদা রাঙাংদো
হাইকেৎ য়েংবা মিংচিনা
রতি শকলোল লৌহুনা
মশুং মমান্নবী ওইবী গ্রঁঙোন্দা
হায়দোক্লম্বনি থ্‌পত্রবা মওংদা
পিরম্বনি চিঠিদো হাপ্তুনা চেথাওদা
অমুক্তং হন্না য়েংলম্মী অদোমদা।
পাজগে চিঠিদো অমুক্তা
লোইবিরবদি পাবা খুদক্তা।”
পাবিবদা করিম্নু লৈতে অকাইবা
মিৎলুগী পিরাংনা কালি ওইহুনা ইজবা
শেংলবী থম্মোই অমনা
হৌখিবা থৌদোকপু নিংশিংনা
তুংগী য়াংবী তাকলম্বী
নিংশিংবগী উরোং য়ুংলম্বী
রাইদা থম্মোই থল্লুবদা
চৎশ্রবনো রানা কয়াদা।
ঐগী নত্তবা চিঠি য়াওরিয়ে
শানৌ নঙোন্দা ইরিয়ে।
“কয়াদা হুৎশিনা থল্লিবা
ঐগা রারি অমা ফাওবা শান্নদ্রি।

লাপখ্রবা দৃশ উদি উখ্রবা
থৌদোক কয়াদি হৌখ্রবা
উশিল্লি মীগী পুকচেলবু মন্নং য়ৌনা।"
মিং উশিললগা উবগুম শেংন
(চিঠি) "ঐগী আশাগী মংলান লোইখরে
অনৌবা তাইবংদা মিকপ অমা থোকচরে।

হেদা লৈরাং তনৌবী
শামাল লেংমান্নবী ওইরিবী
চিংনবা ৱাখল থাদোকউ
মুংঙাইতবা খিবিক হুন্দোকউ।

ঐদি চেকলানি পুংবা শুরবী
য়ুম্বালবগী য়োৎহিংনা পল্লবী।
হায়জরমগে লৈরাং ওইবী ইতারোই
খল্লম্লবদি মহাকপু ওইবীরকউ খোংলোই।

ফোংদোকচরমগে ঙরাংগী থোকখিবা
মল্ল মল্লগা মনম হেল্লকপগুম মুংশিবা
থাইনগী লৈরাং অমলবা
উরুবদা মহাকপু মতম অমগী নুংশিবা
নোংইল চেক্লা ওইরুরে,
নিংশিং মালংদা তাউরুরে।

ইশৈগী মুংশিবা শুরনা
হৌখ্রবা থৌদোক থাত্না
শরুকপা অত্নদা
লাইবক চাওবী নতাদা
তাশোল ওইনা থোকউরে
লৈজবা খিবিক কাউরুরে।
খোইনৌ ইতা মুংশিবী
ওইবীরকউকো পুকফবী।
ঐননি থিল্লম্বা মাবু লাইয়েংশংদা
চৎলেদো ঐদি অথাল্লা লমদা।
উনজররোই হন্না রান্নবা অমুক
য়ৌশিল্লক্লে চৎনবা পুংক্ষম হৌজিক।
খনজরে হৌজিক্তি ইবুংনি হায়না
নতাবু লোবীগনু লান্না।
থম্মোইগী থুপ্লবা কাচিন্দ
কনানা উবিদবা মফমদা
লাৎচগনি মুর্ত্তিদি পামজবা
ওইজগে মতুঙনা লমন শিংজবা।
ইপুরোইবগী ইনজরে খোংথাং
লৈহৌরবা মাগী তাররোই খোনথাং।
লৈরাং মানবী ইতারোই
লোয়ুম-কনাগী ইথিল লৌরোই।
উনসি মতম অমদা
ফোংদোক্লসি লোৎচবা থম্মোইদা।"

## গীতা ১২

বসন্তগী থুংভাহনবা মতম্‌দা লাকলবদা
অনৌবা হৈরাং লৈরাং কয়াদা
ঙংলরি চিরোল হৈবা খোইমু শিংনা
কয়ানা হুরাওজরি, লৈখোকলি মমাই থরনা
হুমহুনস্থ মুংশিবা হৈনম লৈনম পুন্না
ইথিল ঙমদে চংবা মালংবনা ।
অথুম্বা উহৈ চাশিন্নবদি হেন্না খাজিন্নকই থুনা
থোক্ললই চমন্নবা কয়া লৌরবদি অর্থ লান্না ।
ঋতুনা মথং মথং ওলবগুম মহৌশাগী লমজিংনা
মীওইবগী পুন্সিদসু হৌংলি তত্তনা ।
গীতা মপুং ফারবীনি যৌবনগী বসন্তগী
তাংকক অমা লোইরবীনি থাক্তসু মহৈগী ।
লৈরাং মালবী মাইথোংদা শানৌগী
পুক্লিং হুরি থাবলগুম শরৎ ঋতুগী ।
নোংমগী অহিংদা লৈচিল নোংফাই লৈতবা
মীচিক মীরাওখোলসু তাত্রবা
ফজরি থাবলমা লুপা মহি চাইগুম্বা
তলা পামেল অয়াংবা লৈরি তুমিন্না ।
পুংবা কোকিল অনিদি য়াত্রমাল্লে তুমথবা
তোইনা খোংলি খোম্লাংদা মক্তাগুবা ।

থোংনাও হাংদোকলে শীতানা
সেংলি লেকলগী লমচা
বোকুলগী নেম্নবা উশাদা
পাইরি, ভোংলি হক্কং হন্দা।
য়েংলুবা খুদিংদা রাখলগী মিৎয়েংনা
ফাওরকলে খংহৌদবা ঈহৌনা।
করমনা পোকমিন্নবসু নত্তবা
নাওথুম অমত্তগিসু ওইদবা
ফোংদোকপদি ওমক্তদা
থংলেলনিসু কৌওমদা
ইশাগী পুম্নমক লৈজবা
রাখলগী পুম্নমক পামজবা
পিথোকলসিন্না মঙোন্দা ?
থাংওমব্রবা মৈচাক্কা এরেঙোন্দা
থাবলগী লিংশিল্লকপা মণ্ডালনা
পারবা অহিংগী ফিজোল ফাওহনা
হকচাং কায়াৎ পুম্নমক মুজাগী
উবথুম থল্লি মালংদা রাখলগী।
মুংশি লোঙানবা স্নিৎয়েংনা
লৈথোকপা ওমদে হোৎন্দুনসু ফনা।
এরেগী চেকশিলজনা হোৎনজবা
রাংলবা পলদো খাজবা

ল্যালখিবা তারে খন্দুনা
থোরকলে মপান্দা ভুমিন্না।
থাবল্লৈগী মেংলবা লৈনম্না
চন্দল মহি চাইগুমনা
মৈচাক কোকহল্লি তপ্না তপ্না
হৌখিবা থোদোক খল্লি ইমিৎ উইশিন্না।
য়েংলিমাল্লে ঐগী ইতৌ গীতানা
শাৎলিবা গুলাপ্পু কোলশিল্লে হেক্তনা
শানৌগী মেংলবী তনৌবী খুৎশানা
নাল্লকই ঐগী ইমাই তমহুনা।
ইমিৎ প্যাংথোকলে থংলপনা
য়েংলকই লৌনগলবী িৎচিনা।
" চিকলবা অহিং অসিদা
কনা উত্রবা লৈখোংদা
করি ব্রাথলবু থল্লিবা
কনাগী মপাও ভাইবীবা ?"
অহিং তাংলৌনা থেংলগা
মীচিক মীরাওখোলনা তাত্রগা
করিবু থিগনি শান্তি নত্তনা
অত্থবু ফংদে ল্যাইবক থিবনা।
" মথোক কারকপা খোইমুনা
সন্ন্যাসি ধর্ম্ম লৌহুনা

থাদোকলগেরা সংসারগী মুংঙাইবা ?
কাওরবরা নখৌ নপ্‌ুন্সিগী তাংলবা ?
নশানৌ পোমলিবী কনাগুম্বী লৈরাংনা
কপ্তুনা লেল্লগা মুংঙাইগত্রা নহাকনা ?
গীতা মুংশিজবদি লাইবনি
অহালবা উনবামক্তদা মুংশিনবা ওম্বনি।
প্ন‍ুন্সিগী লোইনবী অরোইবা পম্থেংদি লুহোংবা
লেপথোকপা হেক্তা নত্তে অরাইবা !
লাইবক মতম মফমগী তুংইন্না
ঐনা তৌজরকপা কর্ম্মগী লমজিংনা
ওইঙমদে নোংশাগুম্না থৌনা ফবা
ইপাম্বোম অসে ঙমজদে তিংথোকচবা।
অতোপপা ওইরম্লবদি শকহেলবী,
ওইরমলবস্থু পোমশাংনবী
হেকলমগদবনি মপ্‌ু তাক্তনা
থেৎচরমগদবনি নাপপদা পামজনা।
চেল্লা খুন্থু-খরং ওইঙমহুনা
তলা পামেল উশাদা তোংহনা
মুংশি চিললোকনন্দুনা
লেল্লমগদবনি মুংঙাইনা।
ওইত্রেদো মহুম্থু লাইবকনা
খলথোকো নবুং-নপিচানি ছায়না।

লাও নংবু কোললগা ফংজগে শান্তি
মচুনা ওইগনি পিকম থোকপা ভক্তি!
ভংশুবদি নৌরিবী উরিমা
শমজিলবা ওইথোক্তে ইরাই লাইনা।
ভাইহাকী ওইবা পুন্সিগী মুংঙাইবা
মাংখিগনি অয়ুকী পিরাঙম শৈতনা উবীনবা।
শিঙঙেল নংগী মিৎলুদগী শিঙ্গরকপা পিদাংনা
তারকপদি ঐগী চাকুবা থবাক ভম্না
থকী তেল ওইরেকো শৎঙমত্রবা।
তৈথোকচগে পিরাং খুৎশিনা মুংগুম্বা।
চেললগা মুঙ্গাইরক্তা লুবব লাইজনা
য়েংশিললুরগা ফজরকপগুম হেন্না হেন্না
থোক্লরেদো লাইবক চাওবা ঐঙোন্দা
মৈতালনা রাখৈজিমখৈ কাওজরোই পুন্সিদা।
অপাম মুংশিগী অয়ুক্তা থম্বালও শাৎলিবী
কোরৌগী মঙালনা য়েবদা হেন্না হেন্না ফজবী
উজবতনা নহাক্কী শকফম
ওইরিবনি নগাবীগী পেনজফম।
"মচুবা থোইমু নংগী নথোদাং?
শিঙ্গরগা মিৎলুদগী পিরাং,
তৈথোকপিরগা কোকদগা মৈচাক?
লৈরাং শাক্তোকপা ভম্রদনা লেঙ্গগা অমুম্মক!

ঈনা লৌখোং ওইনা চেল্লবা থম্মোই
খংবীদনা লেল্লগদ্রা পুন্সিগী পোল্লোই !
লৈতে মুংশিবগী মফমদা লাইরা ইনাক-খুনবা
য়েৌনরবদি পম্থুংফমগী অরোইবা ।
তৎখ্রগা আশাগী লৈরাং পরেং
লেপখ্রগা মিৎলুদগী শিম্থুরকপা পিরাং
কেলথ্রগা লৈখোক্তগী লৈরাং
উখিদরগা মুংশিজবা মাইথোং
শুলখ্রবদি পূম্নমক থললম্বা !
ওইবিরো মতুদা অপেনবা ।”
গীতা লৌবীরে ঐবু লান্না নংনা
নংগী মুংশিজবা পামজবা প্রতিমানা
কনা উবিব্রবা থম্মোইগী কাচিন্দা
কাওররোইদবা কম্বাক ময়াইদা
থমলি মপোক অসিমগীদমক্তা ।
পুন্সিগী অকলবা নোংলৈ মুংশিৎ মরক্তা
ভালবগুম নোংথাং চামা চামানা
নংবু ভালহলগনি নোংথাংগুম ঐহাক্না ।
অতুবু ঐদি সঙ্গীতকী শংবান্নবা আতিয়াদা
ওইনিংলি থৌরাম্মিচাক অমত্তং ভালবা রাৎলবস্থু মঙান্দা ।
“ রাখলগী পম্থুংফম য়োত্রিউে
আশাগী মঙাল ফাওত্রিউে

পলেম য়াথং অকনবা
সমাজগী চৈথেং অয়োৱা
ফংবা তারবদি মুঙ্গানা
করি লৈরি পুন্সি লোইবা নত্তনা ?"
লৈরাং মালিকাগুম থোৎলবী
য়োৱক্রিবা নুংশিৎকী চৈকু ফংলবী
ককথৎকনি কনানা
তমখ্রবদা নোংদম্বা রিধিন্মা।
পুন্সিগী পামজবদি ঐহাকনা
তিন্নদ্রবস্থু লমবেলনা
য়োমিন্নসকো পম্থুংফম
মতুনা ওইসি পললেপকম ।
নংগী নশাগী তুখোং খুদিংদা
নুংশিজরবী মিংলু অনিদা
হুম্মাংগী লৈরিক কারকলি
অরুংবা মঙাল হেনগৎলি ।
থাংলি ঐদি উনা উনা
করিগীদমকনো খংগদবনি শানৌনা।
"উনা উনা উত্তমদা
খংনা খংনা খত্তমদা
তুমদবা হোদোকপা লুগুম্মা
করি কান্নগনি পাওথেম্বনা।

নিংজবা ইথিল্লা লোইবদা
ঙাল্লম্বা মৈরিনা মুৎপদা,
লৈরাং লৈশকস্নু উররোই
শিঙেঙল ইপাওস্নু তাররোই।"
ওলাংথাগী লৈপাকলৈ
মালেম পকনা শাৎনলৈ
ন্নারেপ অতু কলমল্লি
খল্লিবা অতু হকমল্লি।
ঐগী থম্মোই থৌহু নুংদি নত্তেদা
লান্না লৌবাগনু ন্নাখলদা।
মতিক চাদ্রবা লেংবদা লংগুংনা
তৎখিগদ্রা থন্দুনা মতমনা
শাৎহন্নিংই লৈথোক্তা তরুনা
হেকখিবস্নু পামজদে কনাগুম্বনা।
অহিংগী তাংলৌস্নু থেংলক্লে
হ্যারৌনা নাওশুম ঈশৈ শকলক্লে।
চংবীথরো ফমলেন্দা
নাপচিক্লা মোল্লাংদা
মুজা মাইথোং শোকচনা
চোইজাই শমলাং হাইদোকনা
নাপ্লচিকনা হেন্দোক্লা নপশিন্না
মিৎলাংনিদি উইশিন্না
লৈরাং পরেংসে লেংজবা পিরাংতনা
হুমকলম্লপে মুংশি ওল্লাং তম্লা।

## লাইবক চাংয়েং ১৩

মথোল কয়ানা লৈতেংবা
অরাংবা দলালনা থল্লবা
বোম্বে লমদম লৈমুংসি
ভারতকি অফাওবা সহরসি
য়োরকলে ঐগী লাইবক য়েংনবা
ইশৈগী চাংয়েং তান্নবা য়াওনবা ।
অরাংবা লোইবী কাবদা
হকচাংগী কায়াৎ থুদিংদা
শোদবা ফাওগুমনা
সহরগী ওইরিবা মওংনা
হকচাংদা থক্কৎপা কাওরম্মী
পুক্লিংদা নিংহন্নবা লাকলম্মী ।
হিহোলবদা লমজিংবগুম লাইট হাউসনা
অনৌবা পাঙ্গল হাপলি গীতাগী রাথলনা ।
চচগেটকী পাকলবা লম্পাক্তা
মীওইবগী থুংশেমগী ফজবগী মরক্তা
নিংথিনা খনগৎলবা মানদবকী মমুংদা
ফজনা শেমশারবা ষ্টেজদা
যন্ত্র কলাকার কয়ানা লৈখরে
ইশৈগী কলাকার কয়াস্থ ফমথরে ।
ষ্টেজগী আকাশদা থাংমৈগী থাজনা
থোরকলে অইংবা মঙালগা লোইননা ।

ইশৈ [illegible] মমিং কৌরকলে।
মরিদি মথং মথং ইশৈ শকলকলে।
কৌরকয়ে এপী ইমিং মথংদা
ইমা সরস্বতীবু নিংশিংজরে অহানবদা
ওঝাশিং থুরমজরে পূক্নিংদা।
কায়নতুনতা লেল্লরুবা পুন্সিদা
বিনা, গীতাস্নু উবগুমই রাংলেল থরদং
শিন্থনা মিংলুদা থরদং পিরাং।
ললিতা রাগিনিদা পানজতুনা
ইশানা থমগ্রবা ইশৈবু ইজতুনা
শকচরুবনি তিল্লিবা মীয়াম মমাংদা।
থম্মোইদা ফাওজবা ফুংদোকলে মপান্দা।
থাবল্ল ফরবা অহিংদা
মীচিক মীরাওখোন্নদি তাস্বদা
শিঙঙেল পান্দম ওইরবী
হেমন্তগী উলেল থাংলবী;
উজথিবদো গীতাগী শকক্ষম
ফাওরকলে মমি হকখিবা হুংশি' থাংক্ষম।

Vithuri alakain akhiyalalakain duti
jovan–ki jhalakai tanmain,
Pata kesariya ubhari chatiyan daraki
angiya pari-rambhanamain

sava raina jagi pala nahin lagi
chalasonkari mitthagi vanamain,
Pika vola sune dukha pavatihai ka –
kubhatiya rovati kunjanamain.

( Kavya-Prahh-Kara )

Her hairs dishevelled, her eyes cast anxious looks around, while the flame of youth flashed on her shining frame. Her robe of yellow colour hardly covered her blossomes, for her bodice was split by repeated embraces. Keeping awake all night, she had not a wink of sleep. By tricks her lover has enticed ( and descited ) her in the garden. The voice of the cuckoo brings pain to Lady Kakubha as he weeps in her tower.

শকখিবগুম মিরাবাইনা গোপালবু থাজ্ঞনা
মপালগী করিগুম্বা অমত্তা খন্দনা
ইশাগী পুক্নিংদা পুম্নমক ফাওজবা
ফোংদোক্লক্লে ইশেগী শুরদা ঙমজবা
মমিং পন্দে মশক ভাক্তে হায়বদা মঙাইরে
মাংদা পামজবীগী মুর্ত্তি লেপলরে।
মহু পুনা হুমলকলবা মালংবনা
তমলক্লবদা অরাং পাংনা
মুংশি মৈনা চাকলবী থম্মোই কয়াদা
খাংঙমদবগুম মৈচাক থেংনরুবা খুদিংদা
ঐগী ইশৈবু তাবীখি প্ৰক্নিং চংনা

থংবা ওমথি মিৎয়েংদগী শেংনা।
ইশৈনা লোইবগা থলখি খুবাক্কী মখোলনা
ঐগী মংলালগী রাখল মাংখি থুনা।
লাইবক ফবগী থৌরাম্নিচাকন।
শক খংবীবগী পাক্লবা নোংমদোল তম্না
চক্রবান্দগী লিথৎলক্লে তপ্পপনা
অহানবা চাংয়েংদি ওমজরে ঐহাকনা।
খল্লম্মী য়ুমদা থৃনমক হন্নবা
চোইজাইনরবা রাখল গীতাগী ফানবা।
ঐবু নুংশিবীবা মীওই কয়ানা
চানবিবগী লিচিংনা কলবনা
পনথবা তাখি মতম থরা বোম্বেদা।
নত্তবনিনা মুনি ঋষি লৈজবা তপবন্দা।
নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমদা
কৈলাস মন্দির য়েংনবা ইল্লোরাগী লমদমদা
চৎলম্মী স্কুটর অমা তোংতুনা।
য়েংজরম্মী লমবেলগী নাকয়েৎ' কোইনা।
কৈলাস মন্দির খ্বাইদগী চাওবনি গুহাগী মন্দিরদা
লৈরিবা ইমা ভারতকি মন্নুংদা।
য়েংলুরবা মতুংদা মন্দিরগী ফজবা
ফাও-ই হকচাং অসি থরদং চোকথবা
চেকলানা পাইরক্লগা লমদমশাংনা

পোৎথানিংবগুম ঙাইহাক্কং পামেন্দা তোংত্রুনা
ঐহাক পাম্লক্লে পোৎথবা উরুমদা
স্ফুটরদগী কুমথরে খুদক অত্তুদা ।
কার অমস্থু খংলেপ লেপখি থাপ্তুনা
তনৌবী চহী তরাতরেৎলোমগী মুজা অমা কুমথরক্লে তপ্পা
কার অত্থু হৌখিদরে হোৎন্দুনস্থু ফনা
শকস্থু খংনদা পিগনি মতেং করমনা ?
মীওইবগীদমক পিবি থম্মোই ঈশ্বরনা
ফাওহন্নবা চৈথেং মতম মতমগী ওইনা !
শক্তি মিত্রানদি তথক তথক য়েং
উৎলকই হায়রজবা ঙমদবগী মওং ।
শেমলবা মতুংদা ঙাইহাক ঐহাকনা
য়ারকলে কারদো ঈশ্বরগী থৌজালনা
তয়াল মালবী ইকাইথিবী চিলবালনা,
মাইদদি হুম্মাং মরিক কানা
ঐগী খুংফম হংলকই মেংলপনা
তাকখি রত্নাদিপতনি হায়না ।
ইজ্জাত্তিস্থু মাল্লি চেংলৌ শকফমদি
অথাপ্পা লমদমসিদা ওইরমগনি করম্নদি !
শেংলিবা ক্ষিজেৎকা ঙাংলিবা রাঙাংগা
য়েংথোকলকলিবা মিৎয়েং নায়েংগা
খল্লম্মী ওইরমগনি মপাল ফবা ইমুংদগী

খংবগুম চন্দলগী মগুখ মনমদগী।
চংখ্রে মহাক্কী লৈফম পীরম্লগা ইহুনা
হাইরম্মী খুংশানা তোইনা তোইমা।
পাইরকপা লৈচিল মপৈনা
ভাল্লম্বী থাবল মঙালবু ইংনা
কুপখিবগুম অম্নম অম্নম
মাংখ্রে মিংয়েং কায়ন্দগী শক্তম।
মতম অমদা ওইরমলবদি
বিনা গীতানা য়েং-ওই চিংলমদ্রবদি
পাথং থম্মোইদা মিহৌ-ঈখৌ লাংলমগদবনি
খল্লুবদা পায়মা হুংদা ওমচাকনরমগদবনি।
থুংফম য়োৌবদা নারল রাইশিলখ্রে কোরৌনা
খোমলেল ভুমখুল তাল্লকলে হয়েং চংকে খন্দুনা।

## মালাবার হিল ১৪

মথংগী কোরৌ নোংলেন্দা
লৈচিল্লা কুংলপ থাবদা,
ঐহাক মালাবার তম্রক্লে টেক্লিদা
য়োননবা সুমিতাগী বাঙলাদা।
নেমনা হোৌরবা পামেন্দা
সমদ্রদগী হোৌরকপা মুংশিংনা য়েবদা
জগোই শারি হুরাওনা
নাল্লবা লমবীগী নাকোইননা।
পুক্লিংদা ফাওথি ব্রাথল অমা কুইথ্রবা
মমাংঙৈদা উথি ইম্ফাল ডিমাপুর লম্বীগী ফজবা।
ভৈরবদান স্কুলগী মনাক বি ও সিদগী
হোৌরে অহানবা খোংচৎ পুন্সিগী।
তোংহ্ননা গাড়ি মল্লাই লম্বী য়োৌরক্লে
চাংমৈরোং চাংলক লাম্থোক্লে।
কবুলিয়া পরেংনা লম্বীগী নাকল অনিদা
কজথি অশংবা দারি চেলগুল্লা কৈজোমগী কিবান্দা।
কৈদিংগা থোং লাল্লগা ডিমাপুর য়োৌবা ফাওবদা
তাংচলিলগী শাথেককি মওংদা
শরোক য়াংবিনা ফজবা
অপিকপা, অতেলবা, অশাংবা

থোং কয়ানা য়াংবিগা খুৎশন্নরিবা
ফিজেৎ ওইরিবা লোইবী চীংমাই অশংবা
পুক্লিং হুনবগী মশকনি।
চেম্বরকলিবা লোক্কী লাইজনা ইশৈগী মওংনি।
খন্না খন্না পনথুংফম য়ৌরক্লে
অরা পোপতা হনদোক্লে।
লৈরম্মী সন্ত্রি অমা থোংগান্দা
ঠিকানাগী চে অহু উৎলে মঙোন্দা।
ঐবু ফমহল্লে বাঙ্গালাগী কা অমদা
ইতালিগী টাইল্লা থাব্রি লৈমাইদা
অনালবা অঙৌবা কুপলি গালিচানা
নিংথিজৈ পাৎকী ল্যাইজদা তাওবগুম কাঙঙানা
মতিক চারবা সোফা টেবিল থম্লি মফম চানা
থম্ফম চানা চানা লৈতেংলি অশাবা লৈশিংনা।
স্নুমিতা থোরক্লুনা ওকপি তরাম্না
ঙাইহাক্তুং পনবিনবা হায়জরম্মী মোমোন্না।
মিকুপ খরগী মহুংদা ফাওরকখি ব্রাখন্দা
মীওইবগী মরক্তা লৈরিবা মালেম 'সিদা
লাইরবা ইনাকখুলবগী মরক্তা কয়াদা খেন্নবা!
খরনা ফংলি স্বর্গগী পুন্নমক হায়নবা
খরনা থাংলি উফুল ব্রাইফুল মরক্তা ব্রানা
নোংমগী চারা ফাওবা চাবা ফংঙমদনা।

অমম্বা নোংগী মপৈনা কারকপগুম আকাসশিন্না
নিংঙমদবা রাখল কয়া পোক্লকই থংহৌদনা।
ফক্লাংদা য়েংবদা কোয়না
উরক্লে লৈবা বিনাগী ফোটো থেক্তুনা।
চহী৲খরগী মমাংদা শকখিবা ইশৈ ঐহাক্না
মেনকা থিয়েটরগী হোলদা থলখ্রবা মীয়াম্না
তারক্লে খোংবা টেপ রেকোর্দরদা
হোরক্লে খাংঙমদবা ঈথক থম্মোইদা।
ওইরম্বা তাই বিনাগী ময়ুম মতম অমগী মুংশিজবী
হৌজিক্তি মতিক চাবা মপুরোইবা ফংজখ্রবী
চিঠি অমা ইতুনা থনম্লগে খল্লক্লে ইতোমদা
মতুনা ওইগনি শান্তি চরাংনরবা ইশাদা।
মুংশিজবী চেংলৌ শক্তম উরগা
পামজবী রাঙাং তারগা
থম্মোইগী লাকাদা ঈসে কুপ্লম্বা কুয়োমতনা
তংখিবা তাই খাংবা ঙমহৌদনা।
ইতুনা থনম্লগা চিঠী থোরক্লে তুমিন্না
অমুক্তং য়েংলম্লগা বিনাগী ফোতোদা হম্না।
গীতাদা হায়রম্বা মুমিংস্থ হেল্লক্লে
থাখাই অমা চুপনা লেল্লক্লে।
হে মতম! হোল্লিবা হিসে নংগী ঈচেন্দা
পুন্সি ঈপাক লালঙমদনা লুপ্লগদ্রা ঈয়াইদা।

পুম্লিবা খুরৌসে লাইরবা কৌবা থৌরিনা
ওচ্চখিগনিকো ইগুন্ন লৈন্নবদি মথম্না ।
হোটেল য়োৗরক্লে ম্নুমদা য়োৗরগে খন্দুনা
বোম্বে সহর থাদোক্লম্লে এহাক্না ।
তোংনা তোংনা য়াংলবা রেলদা
য়েংনা য়েংনা নাক-য়েত্তা চেল্লিবা দৃশদা
এনা ফম্লম্বা কাহুদা
বিনাগী, সুমিতাগী থল্লমগদবদো রাখলদা
ফাওরক্লে ময়েক শেংনা
তাবগুম তৌই খোঞ্জেলস্থু নাকোংনা ।
ফম্লমলগা খংনদবা মীওই অমনা
চৎখ্রবদি কনাদা তাক্লমদনা
পুক্লিংদা পোকক্কম থোকই চিংনবা
অনিনা থুনমক উখি টেবিল মথক্তা চিঠি লৈবা
বিনাগী মিৎস্নাদগী থম্বাল মাল্লবী
কুমগী নোংগুম ঈহৌরক্লবী
পিরাং শিনথখি শিক্লাং পরেং ভৎকুম্না
তারকখি চিঠি তমনা ।
"সুমিতা করে উনদবনা
খংলবস্থু মাবু এহাকনা ।
লৈকংলা ওইরবা থম্মোইহুদা
অচোইবা নোংলিকনা তারুবদা

ময়োল চোংলয়োই অমুক হন্না
হৌরম্বা লৈরমঙ্গনবু লৈমাংদা ।
ঐহাক মৈতৈ মুপীনি
ইপুরোইবা লৈরবীনি
সতিগী গুন ঙাকচবা পামঙ্গবীনি
খঙ্গরবীনি ইপুরোইবনা ঈশ্বরনি ।
মতম অমদা পানখিবা মুংশিগী চৈনা
কাওজবদি ওম্মোই তরাইনা ।
খংবদি লুরোই নিপাদো
থুনা খংল্লকনি মঙ্গনদো ।
খংনবা মুমিত্তুগী হৌনা
লাক্লবনি পুকচেল চাওবা ওইহ্নুনা ।
করিগুম্বদা লালশিল্লক্লোই চৎনবীগী য়াংমদা
পেঞ্জহনতা লাক্লবনি মিকুপ অমত্তং উনজবদা
খোংলিবা টেপকী কল্লাকার লাক্লম্বা অহুনি
খল্লি মাগী ইশৈ তারকখিগনি ।
মথরাই শোক্লবা য়াহৈনা
[কোইপাই পাইবা চেক্লানা
অপুংবা কাইদোংফম থিগম্না
লাকখিগে নোংমদি শোইদনা
তম্বীয়ু মুমিতাদা মুংশিজৈ ইচলগুমনা ।
থমনা থক্তা পকপা লাইজনা

মালংগী চৈথেং ফংহনা
তাশিনগগী থোক্লরদি পুন্নিদা
কাওজরোইকো ইচলবু ব্রাখলদা ।]
য়েংঙু ইরিবসে চিঠিদা
থম্মোই 'কায়রে পাবদা ।”
সুমিতা য়েংলগা মনম্মবু মুন্না
পাজখি চিঠী থম্মোই হকনা ।
রেলগী খোংচৎ লোইহনা
গীতাগী ব্রাখল মাংওইনা
ঐগী চংক্ষম য়োৌরক্লে
থোঙ্গাল তম্না কালশিল্লে ।
মুৎলমদাইগী থাউমৈনা
অমুক্তং খংঙাল ঙালবগুমনা
ঈহৌরক্লি নুংঙাইবগী ঈথক্লা
ব্রাখলগী চাংজৌ পাথোকনা ।
ঐগী শাগচ্ছবা মালংদা
পাইমিন্নরি থুন্নুখরংগী মওংদা ।
খল্লি য়োৌরেদো নুংশি লকা
খল্লি খোমলেল য়াতারগে চংহনা ঐগী কা ।

## গীতানা কদাইদ ১৫

গীতানা লৈরমবা দলান্দা
ঐহাক চংশিল্লক্লে থুনমক থোঙ্গান্দা
মশা য়াওনা হেকখ্রবা হৈরাংগুম
পাম্বী য়াওনা ফুকখ্রবা লৈরাংগুম
গীতাদি লৈরমদ্রে মরুঁমদা
কনানস্থু থংদে চৎখিবা কদাইদা।
শাগৎলম্বা ফুরা আশাগী মংলান্দা
থনম্বা মুর্ত্তি মফম চানা মনুংদা
মাংখ্রে মফম থংদনা
হংজবদস্থু পাওখুম পিদ্রে কনানা।
রতিগী মবুঙঙো কামনা
বসন্ত মতেং লোয়ননা
কাপল্লুবদি মুংশিগী তেন্না
শিবগী থম্মোই লকা তমনা
তুমখি য়েংলকপদা অহুমগুবা মিৎনা
তাহনা লৈখি উৎপুং ওইনা।
কপখি থম্মোই চাক্লা মশানৌনা
অনৌবা মপোক ওল্লক্লগা ফংজখি নৌনা।
ঐগী নিংজবগী তাঙ্গোইসে চাকথেক্লবা
লাক্লবদি নোংলৈ মুংশিং তমথিরবা

পাইখ্রগনিকো চাইথোক্তুনা লোইনা
লৈরমকন ফাওবা থংবিনবা লৈতমা ।
শুথরুবী সুজাগী প্রকচেল ওইবনা
করিস্থ লৈতবদা অশাও মশক লোন্থুনা
বর্ষাদা লাইজনা তোর্ব্বাল পাওমনা
চংথ্র মায়ে থম্বুবা লৈতনা ।
মথোং কারকপগী বসন্ত লৈকোন্দা
পোমবোম্বা পামজবা মওংদা
শাংলম্বী থোলাপ নংস্থ
হেকলাসিরা থন্দুনা লাকচবস্থ
করম্না চংলসিগে খোংকাপ নারৈ থাংতুনা
চেংলৌ শকফম ফাওবা উঙমদনা !
থম্মোইদা ওলাংথা চংলক্লে
সুংঙাইতবা মৈশা হেললক্লে ।
ওইরবরা হুগী পাম্বী ঐহাকসে !
ঙাওরমায়ে ঐথী রাখলসে !
"গ্রমী লন্দে" ইশৈ তাবতদা করি থোকখিবা?
শিখি মথন্নতা মীওই থরা আতাবা
অপলবা কয়া থোকখি হোৎনবদা রেকোর্ড লৌনবা ।
অরাবা ওইরে ত্রৈনা চংলুবদা ইশুং ইমান্নবা,
মসিবু ঐগী ইরাইবকনরা ?
নত্রগা ঐনা লংজরুবা ইরান্নরা ?

ওল্লাংথা লোইখ্রগা চংলক্লনি নোংজু-থানা।
শক্লরগনি নোংখোং ইশৈ মালেম নোংখৌ তুনা
পুন্সি লেপ্লগদা কপ্পু নতা পিরাংগা লোইননা
শেগাইরবা থাংপোক্কী মন্নুং চংহনা ?
লাংবল মুংশা থেংনরখিগনি পুন্সি চাকানা ওলবদা
চত্তবদি য়ারোই শারবা লৌশিদা
নত্রবদি শ্বরৎকী থাবল উজগনি করমনা !
য়েংখিবা তারি ইমিৎ অসিনা পেল্লা।

প্যামেল উশাদা কাইদোংমিন্নগনি খপ্পরম্পা
ইপাং লৈরে হরাওজরুবা
চেক্লাচানা মাংখ্রবদা তাক্লমদনা
চাওাওনরবা নশাবী ঐনা
পাইখিগনি কাইদোং অরেপ্পা লৈতনা
খংলমফমদি থোকপনি পোম্বী নংনা।
মশা ককলগা লঙ্কাগী রাবননা
করি ওইখি জাতাইয়ুনা
তারবা নত্রা ইশানৌনা
রাদবা ওম্নবোই নহাক্লা !
খোংনাংবট মখোংদা থোরক্লে তুমিন্না
ফমথরে ভাইহাক্তুং ভাহনা।
ঐহাক্কী চংজফম মতম খরগী
ওইরম্বী মশাইগোল পলেম শকপী মাগী

য়েংজরুবদা অমুক্তং নৌহৌনা
চরম অসি ফুলগৎলকখি খংহোদনা
নোংথাং কুপগুম ঙান্দুনা
নিংশিংখি থোদোক পুম্নমক ল্লোইনা
খল্লমগদবা, চিংনখিবা ময়েক শেংনা
বিনাগী মরমদা ঐবু লৌথ্রমাল্লে লান্না ।
লৈচিন্না মপুং ফানা কুপথ্রবস্থু থাজবু
ম্লাখলগী মিৎনদি উরি ফজবা চেংলৌবু ।
ঐগী থম্মোইনদি ঙমদ্রি কাওথোকপা-গীতাবু
ম্নাগী মিৎয়েং নায়েং তবাবী চিলবালবু ।
মতম অমদা ঐন্না হোৎনখি লাপথোক্রবা
পামজখি তংখাই ওইনা ইচম্নি খনজরা ।
নোংগৌবীনা তোংহন্না রাশাগী কৈরাদা
ঙাইবগুম নোংমদোন্দগী অরকপা ল্লাইজদা
শিঙভেল ম্নাগী ম্নাকা তাররা ত্তাইজরা,
অহুবু উনত্রবদি চেংলৌশক্না লৈতে কান্নবা ।
মহুম থাদোক্তুনা চেকলা-ও পাইথ্রবী
নংগী থম্মোই কলমল্লি লৈরাংদগী হেন্না থোৎলবী ।
অকলবা নোংল্লে মুংশিৎনা লোইবী চিংবু লেঙঙমদে
নিংঙমদবগী নোংলৈ মুংশিল্কি-থম্মোইনা লোইবী ওইঙমদে
ঐগী পুন্সিদা খ্নরবা উলেম্বা চংলকলে
লৈকোলগী লৈরোং কংলকলে ।

গীতা ওইবিয়ু রাকচিংগী গোলাপ লৈরুংশি
খোইমুদা উংশিংয়ু খরদা ওইরবসু মীয়ুংশি ।
আশা ঐগী রারিসে তাবিয়ুকো পূক্নিং চংনা
শিংডুংলৈ মাবু খিরকপা চহি অমা হেল্লপনা
ফংবা লৈখিদ্রে হোৎনজনসু ফনা
থিবদা ভারতকি লৈরম্বা য়াধা সহরসিং ডম্না ।
" Hope springs eternal in the human breast "
নিংবা কায়বগী হেমন্ত ঋতুনা
খারবা উপেম্না থৌরবা থাংশাং ওইত্নুনা
ককথ্রবদা পূম্নমক হৈরাং লৈরাং লোইনা
চোংলকখিগন্রা ময়োল অমুক হন্না !
লৌইত্রিফাওবা তাইবং খোংচৎনা
নিংজবগী মহেদি কংখিরোই ইরাই লাইনা !
আশাগী ইফুত্তি মেলবা ওমোই ওয়াইনা
ওইত্নুনসু থাউদ্ৰু মুং নিংহন্নবা কয়ানা ।
লুনা খনজবা ফুরশিজবা মীওইনা
খোক্লবদা অয়োৌবী থৌদোক অমনা
খুদম অমদি পিকম খোকই শোইদনা
লাইবক চাওবনা কংত্রি অহুত্তবা লক্কনা ।
লাইহৌগী কংলবদা অকলবা চৈথেংনা
লাইজ ইথৌ— দাংগুম্না
কায়নবগী মৈচাক কংজবা এহাক্না

মিলনগী অমুত্তদি ঙাইরি খোৌরাংনা॥
মখুল চংলমদাইদা চুম্বগুম তাংজনা
গীতাদা লুপখে পুকিং য়াখল লোইনা।
বিনাদি ওইখ্রবীনি মপুরোইবগী
লালখ্রবীনি মিৎয়েংগী কারল উজবগী।
মীগী নাপপদা চিলখ্রবী লৈরাংদি
শাৎলররোই অমুক হন্না লৈথোক্তদি।
চোকথরবা পুক্নিং হকচাং লোইনা
চেকলাগী লৈফম খংঙমদবনা
ইশাগী পোক্নফম লমদম তমহনা
ফমনা হিরি কোনহনা
পুন্সি লেল্লগে খলঙমনা
মথ্বাং তেকলবা কৈরেলগুম্না
মৈতৈ পোইরৈ য়োৌরকলে।
চিংলোন্না পল্লোল খারিবী
চীংমীনা পলঙাকনরিবী
নচা লাকলে পলেম-ও
চোকথরবা নচাবু কোলশিলবিরো ইমাও!
নিংশিংলুদে হুংঙাইরিঙৈগী মতমদা
অরাবগী পোৎলুম পুরকলবদা
অয়ো নাহে কংলবদা
ইখং থংহৌদনা খংবদা

"ইমা" হায়বা য়ারা খোনজেন্না
কৌগনি তোইনা লাওগনি হান্না।
হে পলেম মুংশিবী থবাক মৈবা হৌরেদা
নচাগী লাইবকসে লুম্মাংগী ঈরিক্না কুপলেদা।
লৈরম্নবদি ফাবিনবা চঙাওরবা ঐহাকসে
নকলম্নবদি নালবিনবা শারবা হকচাংসে
পাইবিবা ফংলমগদবনি মেংলবা খুৎশানা
অইংবা চন্দল চাইবগী মওংদা তপনা।

## মংলালদা আশা ওইরম্লে সুমিতা ১৬

আশা তাবিরেদো ঐগী ৱারিলোত্তুনা থমজবা থম্মোইদা
নঙোন্দা নত্তনা লিজখিত্রিবনি কনাগী মফমদা।
কালিদাসগী কলমদগী চেম্বরকপা কালিনা
যক্ষগী কায়নবগী মৈচাক উৎলি শুমহৎপা ৱাহৈনা।
নোংমদোন থক্তা পাইরিবা লৈচিন্দা
মশাগী পাওবু পুবিনবা মশানৌগী মফমদা
চৎপিখিগদবা লম্বী তাকলি ময়েক শেংনা
লৈহৌরবীগী চেংলৌ শকফমসু ফোংদোকলি মরিকচুম্না।
লাইবক থিরবা ঐগীদি কৱিবু কান্নগনি তাক্কুনা লম্বেল
ফংলরোই শাৎত্রবদা লৈনম লৈরাং থম্বাল।
লৈররোই মিংকী পেন্নফম ঐগী মানস সরবর
সুমিৎ থা থোক্কে, ঐগী মমলবা সংসার।
কায়নবগী মিৎলুদগী চেনথরকপা পিরাংতনা
থম্মোই তোব্বাল পাশিল্লক্লে নিক-নিক লাওনা।
ঙমশিল্লক্কে, হিনাও শাবা অপাম মুংশিগী
উরকখিগনি হায়বা লিচিংনা উহল্লি শকফমদি ইশানৌগী।
ঐ অশিবু মংলিবরা মং পান্মু' কায়নবগী
কৱি কান্নরি মহৈ য়াম্ত্রবা পুন্সি লাইবক থিবগী!

আশা চাকলিবা মৈচাক্তো মুংশি থম্মোই অমদা
ফাওদবা নত্তে মীওইবা অমগী মশাদা।

থরো থম্বালনা লৈতেংবা পাৎকী লাইজদা
তোংহুনা চৎপগুম হিনাওদা
অদোমগী পুন্সিগী রারি তাজবনি ননাওনা
কাওথোকনুই চৌশিংফ ওইশিবা তাইবং তরাহনা।
কোরৌনদি লিংথরক নোংচুপ-সমুদ্র ঈমাই তমহুনা
তনিক তনিক, তথক তথক লুপথখিবগুমনা
খল্লমবা কয়াস্থু মাংখি মুংবংননা
অমুক নিংশিংক্লবোইদবা মতাগুমনা।
থেংজিল্লক্লকবদা, অহিংগী তাংলৌনদি
তারকলবদা নোংদোল লিকলানদি
থোক্লকলবদা খোমলেল মিকপদি
খোংলক্লবদা মডাগুবা খোম্থাংদা কোকিলনদি
থম্মোইগী তারদা খোৎলকপগুম ফাওখি মেজ্যাপনা
ঐঙোন্দা থোকলরে মতুমক ওইনা।

ঐ ফাওবীবরা নহাকস্থু ঐগী কায়না মৈচাকসে ?
উনখিগনি থঙবা আশাতনা হিংলিবনি ঐহাকসে।

আশা য়ৈবদা রাকচিংগী খারবা উলেন্না
কেলবগুম হৈপাল লৈপালগী মনানা
কায়নবগী য়ৈবদা তমথিবা চৈথেংনা
উবগুম ফাওজে অদোমগী মাংখিবগুম হৈনিংবনা।

হাওগী মাংখি নংবকমন্থু মুংদিশী চৈথেংদা
থল্লবা ওলখি ওন্নবা নাকলদা।
থংবিক্রমাল্লে ঐহাক্কপু ল্লেংবিরদা
লম্বেংদা উনজাখি হায়বা নতন অদুদা।
ইরাক্লবংশ রারবা খোংফমদা
শেম্বাখি কান্নবা ঐগী য়াত্রবদা।

ঐ ওঃ নং ওইবে সুমিতা উনখিবদো বোম্বেদা!
করমনা আশা কৌই হায়বনো মকম 'সিদা?

আশা য়ুমদদি সুমিতা কৌজবনি ঐহাকসে
চিংনবা পুন্নমক থাদোকপিয়ু রাক্তসে।
ঐগী ইমিং অচুম্বদি ময়ামদদি আশা কৌজবনি,
মরম অসিদগী ননাও মিংলেল তাকচখিবনি।
রারি পুন্নমক হৌখিবা থংজরে ননাওনা
ফংলবসু চৈনাওোল চমলবা থম্মোইনা
তাজরে থরসু লিবিজুনা ইনম্মনা
ইশানসু পাজরে থম্মোইবা চিঠিদো অদোম্মনা।

ঐ নোংজুথাগী মঙুংদা মুংশানা থংশা শাবদা
ওলাংবগী শক্তকনদি হেন্নবদা
মৈচাক খন্নদং কোকপগুম নোংনা পাইমকপদা মালংদা,

বিনাগী মচন্নি খংজবদা ফংজে শান্তি খরদং থম্মোইদা।

পাইখিনিদো নহাক্তি চেকলাচা ওইবনা
লাইবক ফবী ওইখিনি নপিজা ফংতুনা।

ইচলনি খনজরবা হিনাগী লুরবা মানস সরবরদা
নুংঙাইতবা চারাং হৌহন্নিংদে ঐগী রাখন্দা।

মসিনা নুংঙাইজবা পন্দোল লোমজগে খনজবসিনা
পাইম-নুংদা লোৎখ্রগে ফোংদোক্তনা লোন্না লোন্না।

আশা পোমশাৎনরকপা লৈরাংদা চিকউবদা খোইমুনা
করি কান্নবা ফংগনি খোইশাওনবা নত্তনা ?

মালংগী শউমদা লৈরাং শোক্কনি কিবনা
খোইমুনা শামাই হাইকেত্তং লৈরুবনা,
শিঙঙেলগী খোইশাওনবা পোক্তুনা
লৈখিবা ওইরমগনি খংহনদনা।

থম্মোইনুংদা নুংশি ইখৌ লাংবদি কোকলমলোই
খল্লমগনি ওইরগে হায়না পুন্সিগী খোংলোই।

মতেং অনিগী দমক ঐঙোন্দা পিবিখিবা
অহালবদা গাড়িগী অরাবদগী কলবিখিবা
অনিশুদা চংজ্রফম পিনহিবা হৌজিক ফাওবা।

অদোমগী মঙদম্বা নুংশিবা কায়নবগী দমক
মঙফাওনরগনি চুমলম্বা থোক্লবদি লাইবক।

ঐ হায়বিয়ুবা তানিংলবা ৱাহৈদো পম্বদনা
লৈরবনি ঐহাক্তি ঈখৌ লাংলবা নোংগৌবীগুম্না ।
মরিচিকা ওইহলবীরগম্নু তান্নবা ৱানবা,
করিস্নু লৈতবনি মতেং খরদং ঐনা পিজখিবা !

আশা লমদা থাগী থামৈদা চহীনদি হৌরমদাই
চৎলম্মী ঋসিকেশ ওইত্নুনা ইন্নম্মগী খোংলোই ।
তোঙ্গানবী কুচুনা থাবলবু ঙমজবী উজখি মুজা অমা
মাবু উবদা খোংথাং খংলেপ লেপখি ইনম্মা
কেলগুম্না মালেমদা লৈখোক লোইরবা লৈরাংনা
শিম্নুনখি মিৎম্নাদা তরং তরং পিরাংনা
চেৎকেৎনা কোম্নখি ৱাদি অমত্তা ঙাংনদনা
তাহলখিদে ঐঙোন্দা হংনখি করিগুম্বা খরা তুমিন্না ।
মখোই অনি কাইনখি হন্না হন্না য়েংননা
ঐস্নু ইনম্মগা হল্লক্লে অরোনবা ৱাফম ওইরবোই খন্দূনা ।
থা অমগী মতুংদা ঐখোয় হল্লক্লে বোম্বে তমনা
ৱাফম অমদি খংনিংলি ফলতাদবা অঙ্কগুম্না ।
থম্মোই মুংদা খংনিংবগী হেলজিল্লক্কুনা ঈখৌনা
ইনম্মগী মফমদা ঙাংনখিবা খিবিক হংজখি ঐহাক্না
হায়রকখি মিৎলুদা পিরাংনদি ঈহৌনা মনম্মনা
গীতা কৌই মুপিদো এম, এ, নি মহৈনা
অফাওবা ইশৈগী কলাকারনি মাবু পোকপী পলেম্না ।

মতম অমদা মঙোন্দা লাইবক চাওবা অমা শিম্নরম্মী ঐহাক্না
য়াবীখি খংজখি মিৎয়েংনা খোলজেলদি থোক্তনা।
মতমগী নোংলৈ তমথিরবা অমা· লাকখি খংহৌদনা
থম্মোই লকান্নুং' চাকলিবা খাম্বীদি ফোংদোকপা ওমদবনা
ৈমচাক ফবা হেলহলখি অরেপ্পা লৈতনা
থাজবা রাখলগী তলা পানেল উনাশিং কংশিংল্লকখি মতুনা
ময়ুম লমদম নুংশিবী গীতা চংখিবনি থাদোকলমতুনা
নেপাললোমদা লৈখিবনি কনানসু খংবা লৈতনা।
কোরৌগী মঙালবু চুপশিল্লকপগুম অমুবা মচুনা
ওন্নবা লৌখি থোদোক অমনা নুংশিজবনা হেনমন্দুনা।
ঐনসু তমখি লাক্লপ্পা থৌদোক্তো মশাবীনা
অসি তারগা হায়রম্মী ময়ুমদ হল্লগনি গীতানা।"
নশানৌসু চাক্লনলগনি নিঙওমদবগী মৈরিনা
নুংশিনবগী জগত্তা ওইথি মশিল কপ্পতনা কনানা।
মতু উজবা তাজবা পামঙদে ইমিৎনা ইনানা
চৎনবা লাংবিরো খোইশাওবিরসু হল্লা।

ঐ আশা শাবিরো হিনাও হোসবিরো য়াংনা
য়ৌরসি নুংশি লমদম লিখৎলকইঙে নুংশি কোরৌনা।
বসন্ত ঋতু লাক্লনি থল্লনি কোকিলগী খোলজেন্না
মহৌশা লাইরেম্মী নোকলম্নসনু অমুক হল্লা।

# শীতাগ্গা খেংনবা ১৭

মেনকা থিয়েটরগী ফমফম পুম্নমক থল্লে মীভনা
থাবলগী মঙালগুম ফজখি খুৎশেমগী মৈঙান্না।
কবি কালিদসগী শকুন্তলাগী অরোইবা উল্লক্লে
ঈশৈ জগোইগী বেনেদা পুম্নমক ফোংদোক্লে।
কায়নবগী মৈশানা কাহৎলবী প্রেনয়ীশিংনা
পুন্সিগী খোংচত্তা শকফমদা উৎলি মপাল খোক্লা।
জগোইগ্গা ইশৈগনা ভাবকী থম্মোইবু শুমহৎখি
শকুন্তলা শারিবী কলাকার কনানো হংনখি।
শাৎলিবী তরুরবী লাইজগী ঈমাইথক্তা ফাওগত্নুনা
হাইনা হুমনা জগোই শারীবী থরোগুম মালংগী ঈথিল্লা
হোলগী ফম্বাক্তা ফজরি শকুন্তলা শারীবী আশানা
ডুস্মন্ত শারিবা কমদৌরি কলাকরানা?
খুদোপ কংবদা খায়নবগী চৈথেং ফংগুমনা
হোখিবা থৌদোক নিংশিংলক্লে ময়েক লানা।

কুমজা চংনা থিরক্লবী মশানৌ
পুংবা শুজরগনি খল্লবী খোইনৌ
চক্রুবাকুম লেল্লগনি নিংলবা পুন্সি
হুংঙাইবগী পুংজা খল্লুবদা ঙসি
ভাবোক অমা হৌগৎলি খংহৌদনা
ফমফমদা ফমথখি অমুকস্নু থুনা।

ঐস্থু য়েংলুবদা ঙাহয়াক্তুং কোহনা
মীয়ামগী মাইকৈদা ইমিৎ অসিনা
উজখি মুংশিজবী মাইথোংবু পামজবী
অরাবগী লৈচিন্নদি কুপলবী।
পক্লম্বা লিক্লা লৈরাংগী লৈকাদা
থুনা চেলথবগুম মালেম লৈদা
অয়ুক্কী কোরৌ মঙাল্লা য়েবদা
ঈরা চেল্লকখি মিৎস্নাদা
শিঙডেন্না থুনা তৈথোকচখি রুমাল্লা
চোইনা তাবী শমলাংবু হাইদোকনা।
মিৎকা মিৎকা য়েংনখি
থম্মোই অনি তিন্নখি।
ইশানৌনি শংলবস্তু ঐহাকনা
কৌজবদি ঙমজদে তরাইনা।
আধুনিক ইশৈ প্রোগাম লাওথোকলে
অরাই অথুম শব্দবনি হায়রকলে।
ঐগা আশাগা মাইক্রোফোন মনাক্ত চংশিল্লে
মপাং কায়নরবীগুম আশা ইশৈ শল্লে।
চীংমুংগী তাম্নাগুম খোংলকপা অথাম্বদা
মালংগী ঈপোমদা য়ৌরকপগুম কাইদ কাইদা
তাহলখি অতাবা মীয়ামগী থম্মোইদা
অঙোবা কাওডাবু ঙম্মক্রবী খোরিদা

লৈংজম্পা [illegible]
লুপা মহি চাইগুমলে থাবলগী ঈপোমদা।
গীতা উবদগী হৌখকপা নুংশি ঈথকনা
থাংজবা ভোর্ব্বালগী পল পাথোকনা
চেন্থখরে তারিবা মীয়াম তমনা
নুংশি নুংওলগী শাফুগা লোয়ননা।
ঐগী ইশৈগী শুরগা লোইননা আশাগী খোম্থাংগা
ওইরকলে অহিংগী থরোগা থাজগা।
ঐগী রাখল মালকোশ রাগ ওইরকলে
গীতাবু তোড়ী রাগিনী ★ ওইহল্লনিংলে
ভেনসনা হায়জবগুম কুপিউ য়েংনা
বতিনা হায়জবগুম কামদেব তমনা
"Be sure, do not forget me
if you please."
হায়বিরকউবা নুংশি চিমবাল অহুনা
অমুক্তং নশাবীবু কাওত্রি হায়না
সুরমা তুরেলগী লুববা লাইজ ওইহুনা
চাকলবা থম্মোই কায়না-মৈন।
মুৎহনবিয়ুবা অমুক্তং অপনবা লৈতনা।
মাইথোংনা ভয়ালগুম ডাং মিছলগী চৈনা কলবনা
হুমাংনদি লৈরিককা নাতোল নাকয়েৎ অনিদা
মিৎস্নানদি ইথক থক য়েংলকপা থুদিংদা

★ Ragini Todi.

লাং-উরবী শজি অমোমগুম মমাংদা
খংদবগুম পল্লেপফম ঙাইহাক্তং খল্লবদা
শঙ্গোম লনি ওমজবী থোৎলবী খুৎশানা
তৈথোকলি ঙাইহাকসু শারিগী ফিবাল পায়রুনা ।

খোঞ্জেন্দা খংখ্রে ঐনি হায়বা
মিৎয়েংদা ফাখ্রে ঐগী পামজবা ।
গীতাবু উথি আশাগী অখং মিৎয়েংনা
নথংলেনগী মরুপনি তাকথি খুদমনা ।

নাপি মকা অমা ফাও পুখ্রিনি তাদ্রবা
থল্লবীনি লাইজনা নিম মচু মাল্লবা
থম্বালগুম্বা অতুগুম্বা পুখ্রিদা শাৎলিবা
চাংদমনিংঙাইনি আশাগী ফজবা ।

ইশৈ ওইনা নুংশিবা খোনথাংনা
ঐগা মাগা লৈনবা মরি ফোংদোকখি তশেংনা ।
ভাবোক্না খংখিদে গীতা নত্তনা অর্থ লোৎলিবা
আশা নোপ্পা নত্তে পান্নবদি লমবা
মত্থু খংজখি লোইনা গীতানা
মগুন লৈববু খংদবা লৈতে মগুন লৈবনা ।
প্নাইনক্লবা চেকলানা মফম খংনদনা
শক্তা শক্তা উনরবদা অমুক হন্না
কয়া কুইনা লৈগনি লাপথোক্লনা
ঐহাক ইশৈ শকপা ঙম্লক্রে ফুলগৎলকপা স্বরনা ।

লৈরাংবু ঙমজবী শানৌ মিপাইগ্রে অহোইনা,
নাকল থোংদা কাখৎলক্লে ষ্টেজ তমনা
হায়রকলে নাকোংদা তুমিননা
"খংদ্রবরা ঐহাকপু মানজ নংবু পাম্মুবা
ইশৈ অমা শরুকে খুম্বীরকউ মুংশিবা,
মংলালচান্দা পাইরুরবা থরাই
হনজিল্লকও তম্না চাকলবা থম্মোই !
নথংলেল লৈরে তিংথোক্লকউ পাম্বোম
হল্লসি পাংনা ইয়ুম লমদম।"
শকলবনিনা ইশৈ থম্মোই শোকনা
অরাবা মুংঙাই শরুক য়াথি ভাবক্লা।
কায়নরুরবগী তুংদা মতম কুইনাগী
খুইথরুরবা থম্মোই লৈকোলগী
হৈরাং লৈরাংদা বসন্ত লাকলে অমুক হন্না
পাইথোকলুরবা কোকিল খোংলে হরাওনা,
মিলনগী হুমবদা মালংবনা
নাতোল নাকচিগী কারম্বা হুম্মাংনা
খজাইদা শিন্দুর মান্না কারম্বা ইরিক্লা
পোৎথাজরে নোকচল্লনা মোমোন্না।

## মিকপনা থোকলবদা
## ইমা ইবেম্মা নিদ্রাদা।

হে ইমা ! মুংশিবী ইমা !
তুমহল্লিবী ইমা লাইরেম্মা !
ৱাংলেন পুংজা খরদং
উহলবিরম্ম। অঙকপা মালং
অৱা মুংশিনা থল্লবা
নচা ঐঙোন্দা পংলবা
ইত্থনদি ফোংদোক্লে
হায়রোইদবা কয়া হায়দোক্লে
পুন্সিগী ঈচেম্মা তৎত্রিঙৈ
কলমগী লাইজনা কংদ্রিঙৈ
ইমাগী মুংশিজবী থুৎশানা
ইমা লৈরি হায়ত্থনা
ফারবা ইকোক মথক্তা
হুম্মাংনা চোৎলবা লাইবক্তা
নালবিয়ুবা অমুক্তা।
পেম্মা য়েংজগে পিরাংলক্তা
ইমাগী চরণ নিংথিবী
লৈরাংদগী হেম্মা থোৎলবী।
পলেম কৌনিংঙাই লৈজদে

পম্লৌ হায়নিংঙাই উজদে।
নিংবা থ্ুংদবা কয়ানা
থম্মোই মাবু চাকপনা
মরূপ মপাং পূন্নমক
চান্নজরম্বা খিবিক
লাপথোকনখ্রে লোইনা
মখোইনস্সু লাকপিদ্রে হম্না।
সংসারগী চৎনবী
মীওইবগী হৌনবী
পুকনিংদদি মথংজৈ
ইমিংনদি মউজৈ।
মিকপনা থোকপদা
উরম্বা খিবিক মংলান্দা
মাংখি লোইনা
পুন্নমক নিংশিংবা ঙমদনা।
মংলালগী রারিসে ইজবা
থরদং ফোংদোকচবা
লোইশিল্লে তেল্লপনা
নিংজবা থ্ুংদনা।



## ইচেল শৈরাঙ

মংলালগী লৈরাং শকহেলবী
চুমথাংগুমনা কজবী
মুৎখ্রেদো খংহৌদনা,
থোকলবদা মিকপনা।
কাওবদি ঙম্মোই ঐহাকনা
নংগী মুংশি মিৎয়েংনা
থম্মোইদা চৈনা পিরম্বা
হোৎনরবস্থু কাওনবা
বিনাগী মখোন্দো মুংশিবা
গীতাগী ব্রাহৈদো পামজবা
আশাগী মিৎয়েংদো মেংলবা
খোৱাংলি অমুক উজবা
পুন্সি লোইবগা লোয়ননা
চৎমিন্নসি থুংশমননা।
নিংশিংলি কাওজবা ঙমদনা
মিৎলুগী পিরাং শিন্থনা।



# জাহাননারা

মৈরাং নংদি কেলথে্‌দো
পিরমলগা থম্মোইদা মৈচাক।
লেলবা তারেদো ঐগী পুন্সি
হায়দেকপা ওমদনা লোত্তুনা।
কপনা লেল্লে, রানা খাংলে
খল্লু খল্লুবা খুদিংদা।
কবিতা অসিনা
খরদং ওইরবস্থু অল্লাবা
ওইজগে মুংশি খুদোল!

অইবা।

# জাহাননারা

মম্লবা নোংগী মপৈ মপৈনা সন্ধ্যাগী মালংদা কাপ্লক্লে ।
খোয়শাওনরবা নুংশিংনা ঙাওনা ঙাওনা হুমলক্লে ।
চাক্লবী পৃথ্বীনা অইংবা নোংদোল লাইজ ঙায়রক্লে ।
লংলবা নোংথাংনা থম্মোই কায়রে উংলক্লে ।
নোংলৈ নুংশিং মরক্তা নোংখোংনা ভেংথা নাওইরে ।
খোয়দাদবী থম্মোইনা হাইনা হুমনা থাংজরে ।
তপ্পা তপ্পা জগোই শাবাগী খোং থাংগুম তারক্লি নোংলিনা ।
মালেমদা ওন্না থোইনা থাংলি কেল্লকপা লৈনানা ।
মতমগী খোংথাংদা থংহোৎদে ওল্লকপা কনাগুম্বগী ম্রাখম্লা ।
আকাস তরংনা ফজরে, লুপা মহি চেল্লগুমলে থাবন্না ।
ম্রাক্লবী অশংবা উনাদা য়াম্থরি প্লেপথ্‌বা নোংলিকনা ।
আথাপ্পদা লোইবীনা যোগিগুম নিংথিরি চীংলেমনা ।
ঐস্থু লায়র খাংপোক্তা নিংশিংলকলে হিপ্প। হোৎখ্‌বা থৌদোক ;
অহিং তাংলৌম্ব থেংলক্লে, হেনজিল্লক্লে মাংখ্‌বীগী মৈচাক ।
নুংশিদা মতমদো, মালংনা লোইরোই শিংলক্লখি
নাক্তা শাংলিবী মতিয়াগী লৈনমস্থ মালং খোংলোই ইললকখি ।

চহী কয়াগী মমাংগী থৌদোকনি কাওদনা লোত্তুনা থমথবা
মুজা অমাগী শকওইনি লৈজবা থম্মোই শুমহৎপা।
মিৎকা মিৎক্কা চা-নখি, খোইরুম মোমোল নোকনজৈ
শকহেলবী পামজবী মাইথোংলকা উবদা তুজংনা হরাওজৈ।
লাকলোবা শকথংদবী পাৎকি ঈপাক্কা তাওরিবা হিদা কারসি,
শেংলবা আকাসদা কারকপগুম থাজনা তপ্না তপ্না হোললুসি।
ফমথরি ঐহাকসু, হিরুবাক্কো লোংনা ঙাথজৈ শিঙঙেম্না,
মপুক তপলবা লৃরবা ঈশিংগী ঈপাক্কা লেংলি হিনা তপনা,
চোংলি তথক তথক মমিনা থাজগী, পাৎকি ঈমাইদা,
খাংঙমদবা ঈথিন্না রাথলগী ফাওরক্লি হকচাংগী তুংখোং খুদিংদা।
পিশুমগী লিরুংলা, তবাবী মিৎচিগী থৌরবা তেলজৈরা ?
হে পামজবী ! নংশিবু রতিগী শকলোল পুবরা ?
উরোক পরেং পাইগুম্বী ঙৌরবী য়াতাবু হাইফেত্তং উৎলকই
চিলবালসু তবাবী খোইরুম মোমোল নোকললকই।
লোৎচখি কুত্তক তাবী খজাইনা চোইনা তাবী শম্নাংগী মরুমদা।
হাইদোকচৈ নৌরবী খুৎশানা মরক মরক্তা খুজিগী খোম্থাংদা।
পাৎকি লাইজনা নৌগী তাম্থাদা কাগী জগাই তৌগুমই,
হম্থনা য়েংবা মিৎয়েংগা হঙৎনা য়েংবা মিৎচিগা নোংথাং অনি তিনগুমই
"নোংপোক্কী খোইমু লৈপামবা করি মুংগী মুংশিরুবা ?
মুজা ওইবীনি ঐহাক্তি বিজাত্তিদি ওইজবা।
ইজাত্তিগী মনুংদা লেংমাননবগী মরকতা
কুচু কুমেল তহেলবা নমান্নবা খোইমু কয়াশু য়াওরিদা।

শিঙজেল ঐনা পাম্মুদে, লৈরাং ঐনা খোইদাদে
থম্মোই ঈথকস্মু হৌরুদে, মুংশি রাখলস্মু পোকলুদে।
নংবু করমনা পামজরুবা ঐনা থংবীগনি কনানা
ওইবীররে লাং য়ারৌ শক্তি ফা-নবা নংগী মুংশি মাইথোংনা।"

পম্থুংফম নাইত্রবা রাখন্না লৈরকলে য়াংনা য়াংনা
ইকাইবনা নিংব কায়বগী মিৎলুদগী চেনথরকলি তরং ওইনা
শানৌগী মাইথোংদা তাপ্রবোই পীরাংগী মরিক মরিকনা।
হাইগৎলক্লে তনৌ তনৌবী থোৎনা মেংলবী খুৎশানা,
ভৈথোকপিরকলে চেম্থরকপা পীরাংবু মশাগী খল্লুবা লৈতনা।

বসন্তগী মতমনি নৌহৌনহলবা পুক্লিংদা হৈরাং লৈরাংনা।
মুংশি মুংওল্লে থম্মোইদা, ঋতুগী শকফমদো হাক্লা ফজরে,
লৈজবা খোন্থাংদা কোকিলনা নোইনা ইশৈ শকচরে।
বিশ্বামিত্রদা মেনকানা উৎখিবা শকওং শাথেক অত্রা ?

ঐগী ইজাত্তি ... , মুনিগী তপস্যা থুগাইগে খলবরা ?
শানৌগী শকফম মতমগী মওং য়েংহনা খাংশিগে করমনা।
পুক্লিংদা খল্লক্লে ওইরকপা য়াবা তুংদা মতমগী খোংলৈনা।
কলখরো থম্মোই চীংলাইবক্কী থাউহু মুংদগী হেন্না,
মুশিলখরো নিংজবা পূন্নমক থাশিগুম অমুবা মচুনা।
জাহাননারা ! নংদি ঙসিদি হেলবীনি মেনাকাদগী
ফজবীনি, শুমহৎপীনি অম্মুম অম্মুম খল্লুবদা রমভাদগী
মপুং ফাবদা হকচাংগী কায়াৎ পূন্নমক রাৎত্রবীনি।
মথোং কারকলিবা পাথং কয়াগী চাকনফমনি।

পামজদে ঐদি মাংহলবা কেতকিগুম্নবী নংগী যৌবন
ওইনিংদে অমুবা নোংহৌ কুপনবা নংগী মাইথোং থাবল।
শক্তিগী মিত্তাগুম তথকলবী চোংথরে পিরাংতনা
ন্নারবী, চান্নবী মাইথোং লৈতিল পুংমাই ওইখরে খুবাংনা।
পাইমা পিবুক মুংদা হৌরকলে নিংবা কায়বগী ঈথকনা।
চেম্বরকলি চাইরুংদগী মুজাগী পীরাংনা থবাক তমনা।
অরেম্বনি পুন্সি, অরেমবা ওইরে মাওইবনী মপোক,
কেলথিগনি লৈরাংসু লানথিগনি নোংমা পুন্সিগী ঈপাক।
নৌরিবীনি, থোংলিবীনি, হেল্লিবীনি সঙ্গোম ননিদগীসু
মকশিল্লবা মাইথোং নহাক্কী খনজদবা ঙমজরোই থম্মোইনসু।
কল্লবা লৈমাই মাসেমগী খিনগাইদবা নত্তে লৈবাকলৈ
পিকলবসু পামেলদা য়েৎতবা লৈত্তে মুঙ্গারৈ।
য়েংলগা উন্না কুপ্পবা হিমালয় চীংশাং
উরুরগা শরৎকী থাবলনা কুপলবী অহিং
প্যারুরগা তারুরগা মহাকবি কালিদাসগী শৈরেং
য়েংলুরগা লৈরাং মালবী তথকলবী শানৌগী খোংথাং
তাওদবা নত্তে ফোংঙমদবা মুংঙাইবা মীঙইবগী পুক্নিং!
ঐদি পামজবনি অসিগুম্বা লাইঙ্গ, কোক্লবা অরাম খোরাং।
অচুম্বরা তারীবা অসিবু! তাইবংলা মংঙ্গালচাগী!
অম্মুম্না থোকউ তম্বনরা লাইবক্তা নুংজা ওইবী ঐগী!
য়েংবীয়ু ঙসি লুপ্পসিবসে লুপা মহিগুমলবা ঈপোমদা থাবলগী।
চাকলে শা-ঙা পৃম্নক লোইনবীগী ন্নাখলদা খাংঙমদবগী।

খোংলক্লি মতমগী তাম্থা মিকপ থোক্লবা য়েলবান। মকোলদগী,
মশা খপলি কোয়না পাইদুনা নোংইন্না মওংদা জগোইগী।
"নিংশিংজগে খরদং পাম্মুবা তুংদা ওইরককদবা
সুজানা শাগৎচবা পূন্সিগী লৈকোলসে ফজবা।
লাকুনা মুংশি হৈত্রবা নোংলৈ লৈজবা খিবিক কুপখ্রে অমম্বনা
উমশিলখ্রে নোকলঙ্গা লৈরাংশিং চিম্বাল কংনা
তুথরি নোংলৈগী শাফুদা অকংবা পামেলশিংনা,
থোৎলবী মালিকাগী উরিবু নৈহৎলি খোইশাউনা।
স্তারক্লে উশাদা য়ারেকপা চিল্লোকনবা চেকলানা
মালেমদা তেংথা-নাওইরি গুন্না থোইনা।
চাকলে নিঙভোলগী থম্মোই চারাংনবগী মৈথ্রিনা,
কংশিল্লক্লে চিলবাল থোৎলবী ফুলগৎলকপা স্বরনা।
জাহাননারা শাউরগনু ঐগী অরোইবা রাইহসে!
নালবীমু নংগী থোৎলব খুৎশানা ঐগী শারবা লাইবকসে।
হুয়েংদি ইমুংনা তৈনা ভালবদা চৎলনিদো ঐহাক্তি
অদুবু চেংলৌ শকনা উখিত্রবদা কাওখিনিদো নহাক্তি।
"ধর্ম্ম তিন্নত্রবসু শকহেলবা! ঐদি ভারতকী মমোমনি
মীনা উবিদ্রবা থম্মোই মন্দিরদা পামজবা প্রতিমা লাৎচনি।
কাওবীখ্রবসু নহাকনা ভমজরোই ঐদি কাওজবা
মালেমলৈদা তিনজনি ফংনবা শাস্তি ইংলবা।
নংদি জরান অমনি ইমাগী থোদাং ভারুবা।
পামজরবসু নংবু ঐগী থম্মোইনা চাকলবা,

চৎপীখো মুংশিবা অচেৎপা রাখলগা লোইননা ।
অমুক্তদি নিংশিংবিরকউ লোইরবদা লালনা ।
লেংজবা লৈরাং পরেংসে নিংজবা রাখন্তনা'
হুকচবা ফংজত্রবসু হন্দক্কী মপোক্তা নিঙথোন্না.
পীনবীরু ফংজবা ওইজবী নংগী লোইনবী হায়েংমুক্কী মপোক্তল
লৈজগে অহুগুম্বা মপোক্তদি তৎনা থানবা লৈতনা ননাক্তা ।"
অসুমনা কপ্না কপ্না কায়নরে চাক্না চাক্না খায়নরে ।
আফ্রিকা ফাওহনা ঐহাকসু ইটালি য়োরুরে
ভৈরবী ওইরবী লালগী রঙ্গভূমিদা অন্নাবা কয়া থাংলুরে ।
মতম কয়াগী মমাংদা য়ুমদগী থারকপা চিঠী অমা ফংলুরে ।
তাবদা মরোল ওলখরে মথক মখা মালেমসে লৈরিবা,
তারকলে নোংমৈ শিংজং কয়াগুম ইকোকথক্তা ডাওরবা ।
পলেমশকপী রাজরকবী নোঙ্গারমলে ইচেমসু,
কনানা কনাগী ঈশ্বরগী খুৎশেমদা থংলরোই খন্দুনসু ।
হিন্দু মুসলিম হাৎনরে জাতিগী মুংশিনবা মরী তৎখরে,
ঈগী পাওখুম ঈনা লমম, শাহিংচাবা শা ওইনরে ।
জাহাননারাগী শককমদো মুংশিজবা পুক্নিংদা ফাওরক্লে ।
হাংলবা রাখলগী চিকলবা অতিয়াদা শজিক্ তাক্লক্লে,
ঐগীনি হায়বা কনা লৈত্রবা তাইবংদা খুৎলাম তোইনা কৌরকসে,
খোংথাংনা অসুম তপথরে, পুক্নিংগী অপাম্বনা য়াংনা চেলথরে ।
তাইবং য়াহিপ তাম্রিডৈ অমং য়াইথোং কুমজ্রিডৈ,
খল্লক্লে শিংলমগে মুংশি লমন, মতমসিদা কাওজ্রিডৈ ।

শ্রীনগর তমলক্লে পামজবীগী শকফম্সু নিংশিংছনা।
মফম অদু হাংলমলে চাকথ্রে তুমখে লোইনা
তা'গুমনা নোংথৌ থক্তগী খংহৌদনা নোংমৈ শিংজংনা
পালখি কন্না কোক্তা করিগুম্বা অমা মফমসিদগীনি খংদনা।

শমথরে মমি ব্রাখলগী মফম কৈদনো খংখিদরে!

মফম কয়াদা হকচাং কায়াৎ. অশোকপনা থলথরে,
জ্রান্না তারক' মতমদা অশোকপগী চৈনা কাওরকলে,
চিলবালস্থু কংখরে থম্মোই মৈবা হৌখরে অংবা লাইজ পান্নক্লে।
মরভূমিগী পোৎথাকমগুম অসোক অপলগী লাইয়েংফম ওইরমলে।
নাহেবগী খোজেন্না মীওই মথল কয়াগী, মফম অদু নিলখরে।
মীনুংশি মমি তাত্রবী লমল খুমনিংবগী মৈনা চাকলবী
মীতোপকী মফমদা হুগুম্বী লেপলম্মোই ইনাক্তা লায়েংবীদি শকহেলবী।
মপা মমা হাৎখরে, শাগে নাতে, মবুং মপা তুমখরে।
পাক্লবা তাইবং মালংদা মাগিনি হায়বা লৈতরে।
ঐনা খোইনা য়েংলুদে হিংবদগী শিবন। ফরে থন্দুনা
শকফম হোংথ্রে ঐগী হান্নগী য়োমথ্রে কক্লবা কোইনা।
অহিং তাংলৌ থেংলক্লে নোংদোল লিকলা তারকলে
ঈশিংগী গেলাস পায়দুনা ফিডো শেৎপী লাইয়েংবী চংলক্লে।
লাইজ ঈশিংসে ঐনা অথন্নবা হিদাক হাপলবা
মৈচাক কোকনি অনাবা থনা ফগনি অশোকপা।"
হু য়াল্লবা ঈশিংনি লাইয়েংবীনা পুরকলিবা
অশাওবনা কুপথবা থম্মোইদা লৈগনি করমনা হুংশিবা?

মিৎফমদি তরংনি শকফমদি থাশিগী মালংনি
শুস্তরংদা তাওরবা লৈচিলগুম মীশক খংত্রবা ঐহাকনি।
তাকপিয়ু কনানো হায়যুবা ঐডোন্দা লাইজ পীরিবা ?
অরামবা কৌবদো মাংখরে লৈজদরে ইশাদা খোরাংবা
অত্তুম ওইনমক পীবীরকউ হিদাক্তো য়েংজগে থক্তুনা।
চাকথেকখ্রবা থম্মোইনি খাংওমত্রবা মৈচাকনা।
ঈশিং লোখ্রবা মতুংদা হারৌনা তেংথা নাওইরে,
শকহেলবী লিন্দাওবী লিংবা থুংলে খনজরে।
জাহাননারা! লৈবগে নংবুকদাইদা হু ওইনা পীনৌবা
নংগী মুংশি মাইথোংদো উরকখিগদ্রা মিৎকুপ অমত্তং উজবা
মিৎয়েং কারল লালখ্রবী চেকলাগী পাংখক ওইখ্রবরা
নশানৌ ঐবু খন্দনা নতেং কনা য়াওদনা অমং য়াইথোং কুমখরবরা ?
"কনানো পাখংও মমিং পন্দুনা নংনা তোইনা কৌরিবা
কনাগুম্বী লৈহৌবরা, মুজাগী মমিংলা পামজবা ?
নমিংনা করি কৌবগে মফম কদাইদগী লাকলিবা ?"
সমর কৌজবা ঐহাক্কী জাহাননারাবু থিরকপা।
"পাপ চেল্লবী, মীনুংশি খংত্রবী জাহাননারা কৌবীদো ঐহাকনি
ফত্রবী জাৎ খেন্নবগী রাখলগী হুনা ঐহাক্তি কুপলবীনি
পাংকি ঈয়াইদা হিনাওগী ফমবাক্তা রারি শাখ্রবীনি,
খুৎকা খুৎকা শমননা থম্মোই অনি পুনখ্রবীনি।
নৌহৌনা উরকলি দৃশ পুন্নমক চিৎথবা লৈতনা পাম্মুবা
ইরাম্না মপুং ফারবীনি কান্নত্রবা পুন্সিনি অরেমবা।"

চংলকউ জাহাননারা ওমজত্রে ঐহাক্তি লেংজবা,
উজগে চেংলৌ মতম কুইনগী থম্মোইমুংদা থমজবা।
লোকপিয়ু নালবিয়ু মোলবী থোংলবী খুৎশানা
ওইজগে শকচগে নিংবা থুংজবা পেনজবা মত্তুতনা।
হু থকপ্ত্রবোই খনখিবনা কুপখিবনা নিংঙমদবনা
শকহেলবী মুজাদো থকখ্রে হুবু খংহৌদনা।
"মুংশিবা! ননাওদি থমমুং সারা তালখ্রগে
পাম্মু মাইথোং য়েংনা য়েংনা লুল্সি খোংচৎ লোমলগে
ননাওগী ইথুৎনা নানজগে শাবী মানজ পার্ম্মুবা,
ঐগী মতম লৈরক্রে য়েংননবা থংলেল্ল নংবু মুংশিব।।"
থরাই মীরেল য়াওব্রবী লৈরাং চোইনা কেলবগুম
তারমদাইগী থাজনা তপ্না তপ্না লোইবী নাপোমদা লিংথবগুম
শানৌগী শামু হকচাংনা লফু মতুপকুম ঐগীথক্তা হাইথরকলে,
শজিক মমৈ রাইখের থবা মমৈ লোমথরে, পুল্সি মৈরি মুৎখরে,
ঐস্থ চার্পাইদগী ওনথরে লেংজবদি ঙমদবনা,
ঐগী জ্ঞানস্থ মাংখরে জাহাননারাবু কোনহুনা।
অরা শকফম উজনিংদে মতাগুম লোংখরে থাজনা।
তনৌ তনৌ শাংলম্বী মালেম লৈদা তিনখরে মপুগী থৌদা ইন্দুনা।



## তেংথা নাওই

নিংশিংলকলিবনো করি মুংগী
মুংশি চেংলৌ শকফমস্থু উররোইদবা নংগা
চাক্লবা থম্মোই লকাদা,
থেমজিনবীনবা লৈত্রবা ঐঙোন্দা।
ইথৌ ওইরে কপ্পতনা
মাংথ্রবদা ইশানৌ নংনা
লৈরম্বা থোকলবদি করিগুম্বা
কয়াগী মতিক পেলজগবা!
লাকলরোই থংনা নিংশিংলি,
ফংলরোই থংনা থিনিংলি।
শিম্বরকলিবা পিরাং তক্তনা
লৈরাং থুজোক ওইহ্নুনা
পুন্সি লেপ্লে ঐহাকসে।
কাহৎলবনি থম্মোইসে।

লোইরবা



## চুমথোকচবা

| লামাই | পরেং | চুমদবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১৩ | ১৯ | মুশি | মুংশি |
| ১৫ | ৫ | চেমপম্নদি | চেকপম্নঁদি |
| ২৪ | ৫ | তৌবর্বল | তোর্ব্বাল |
| ৩১ | ১ | তুয়েল | তুরেলর্বু |
| ৩৫ | ১৪ | অবু | অত্থবু |
| ,, | ২২ | পমজবীদি | পামজবীদি |
| ৩৯ | ১০ | শিঙডেগী | শিঙঙেলগী |
| ৪০ | ১৪ | খোংজিন | খোংজিনা |
| ৪২ | ৭ | তৌরিব্বা | তৌরিবা |
| ৫০ | ৭ | খোংকপা | খোংলকপা |
| ,, | ১২ | থম্মোইবু | থম্মোইবু |
| ৫২ | ১৪ | নোংখাংগী | নোংথাংগী |
| ৬৫ | ২৩ | অহ্যি | অহিয় |
| ৬৭ | ২৩ | মেথরাগ | মেঘরাগ |
| ৭৪ | ১১ | নিংঙদবা | নিংঙমদবা |
| ৭৬ | ১৮ | কাফেং | কাফেৎ |
| ৭৮ | ৪ | শেংন | শেংনা |
| ৮০ | ৮ | থোক্লই | থোকলকই |
| ৮৩ | ৭ | পুন্সিগী | পুন্সিগী |

| লামাই | পরেং | চুমলম্বা | |
|---|---|---|---|
| ৮৪ | ১৯ | মচুবা | মচুরা |
| ৮৬ | ৯ | শোদবা | শোম্বা |
| ১০৯ | ১৪ | চৈনাঙোল | চৈনাখোল |
| ১১৫ | ১১ | কুপিট | ক্যুপিড (Cupid) |

জাহানারা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৭ | ৫ | শমখরে | শামখরে |
| ৭ | ৭ | অপোকপগী | অশোকপগী |
| ৭ | ৮ | অংবা | অইংবা |
| ৯ | ১৪ | রাইখের | রাইখরে |

